সুপীমতা-সাহিত্য

# ভারত-চন্দ্র

( লাব্রোন অহানবা )

মীনকেতন



অয়েংব

কাব্য-নাট্যকৃৎ

শ্রীমীনকেতন সিংহ

সদস্য, মনিপুর ষ্টেট এডুকেশন ষ্টেণ্ডিং কমিটি ;

„ মনিপুর সাহিত্য পরিষদ ;

„ মনিপুব সংস্কৃত পরিষদ ;

„ মৈতৈ এহ্লো থৌগল মরুপ ;

„ মহারাজ চূড়াচাঁদ প্রতিষ্ঠিতা বিবোধ-জননী সভা।

মরোন-হাপ্প

শ্রীখুমল্লম্বম রাসবিহারী সিংহ,

মেনেজর, ফ্রেণ্ডস্ ইউনিয়ন প্রেস্,

ইম্ফাল।



মমল লুপা—২৷৫০

অফোঙবা—

শ্রীকোয়জম ইবোবী সিংহ,

ওইনাম থিঙেল,

ইম্ফাল।




অহানবা [illegible]—১৮৭৪ শকাব্দ

অনঘ—

শ্রীখুমল্লম্বম রাসবিহারী সিংহ,

ফ্রেণ্ডস্ ইউনিয়ন প্রেস,

ইম্ফাল।

# খুদোন-তম্ব

নচীন-ননাওমক,

ভগি বারি অহুম্নগা ইপানা লৌরি। চিত্তোরগী লৈম পদ্মিনীগা আ-হোরগী নিংথৌমচানুপী লালবাঈগা রাণীপুরগী নিংথৌমচানুপী সর্বদীব্রবাঈগা অহুমগীনি। মথোয়সী মশুগ্ন মবায়বক থীনখিবী নুপীশাক্তি।

মশুগ্ন মরায়বক থীনখিবী হায়বা ইপাগী লোল্দাসী নচীন-ননাওদা ঙক্লপ থোকপা য়াই। য়াবদা নত্তে, থোক্লনি। করিনা। মীনা য়ানকলী'দৌ্বা তননি হায়না খঙবে। মাসী পঙথঙ-মথঙনবা হায়বদুনি। 'দেশ্লনা অবাবা লঙবশুম শুগপু অদুম মর'ঙি।' নথোয়ন্না, হুম্নগা ম্নেংব হৈরবা মতমদা পোৎকী জগত্ত থঙদে, মীগীদা খঙদে ইউ মউগনি। পোৎকীদা অম'নীদং ম্নেংসি! সনানা তত্তনা মৈন'ঙিবা করিগীনো থ'ঙবরা! অরুংব হায়বা মশুগু চেল্লুবদগীনি। শিঙ্গারৈনা মপুঙ্গি খাঙতপু লোইরিবা করিগীনো থঙবরা! নৌদ-নৌবা হায়বা মশুগু লৈরুবদগীনি। মীগীদশু অদুমঙায়। মহাত্মা গান্ধীনা কৈশুম-লাং তত্তনা তাখিবা, খুদৈগ' ফিরাঙ্গদনা মপুঙ্গি য়াওরখিবা, মৈচৌদ্ম মমি হামচংনখিবা করিগীনো নীংস'ঙিবরা। ভারত মরমদম নুংশিরুবা, মরোয়-মনাও চাথোন-নাওথোল হৈবা মশুগ চেল্লুবদগী নত্তরা! মানি, ঐথোয় খ'ায়না খঙনরিবনি। মসী সংসাব মশানা অবাবা হায়বদুমক ওইবননি।· মৈদা চঙব কনা মৈশা লাংনবা লৈ! অদুনা অবাবগী মশকক্তম সংসারসীদা লাকপা কনাশু অবাবা মৈনংনদবা য়াওদে। দোষ লৈরে দোষনা শুগ চেন্নে শুগ্ন অবাবা লঙ-নবঙাক্তি।

সংসার অবাবা হায়বদুমক্তি হায়বসী নচীন-ননাও নথোয়না খঙবদা য়াখিগনি। অদুনা ইপাগু চাউহায় ওইনা অদুম মহায়খিগে, নথোয়শু চাউখঙ ওইনা অদুম মথঙ্গো। ইপানা হায়খি্বা 'সংসার অবাবা হায়ব-

দুমক্কি' হায়বা লোল অসী ঋষি (অথঙ-অউ) শিংন আদগী হায়নরক্লবনি, য়ানরক্লবনি, লৌনরক্লবনি, লাউনরক্লবনি। অদুনা নখোয়গী অদুম মরো-শিল্লু। অদুগা বঙ্গ কবি নবীনচন্দ্রনা সংসার অবাবা হায়বদুমক্কি হায়বগী মশাদা য়েনা পাল্লদুনা শক্লম্লিবা ইশৈসীমগা তাশিল্লু। থেকপদনা মথৌদাং ওইরবা অঙাং উবদা মীতুংশি চাউবা কবিগী থম্মোইনা মিপাই-বিদুনা শক্তোক্লখনি।

'নোকচৌ নৌরা নোকচহৌ,
থেক-থেক থেক-থেক থেকচহৌ
খেকচদৌবা কুইদেকো!
মতম-তোর্ব্বাক-চাংজো ফো
অরা-ঈথক চৈশীং থা
কপচদৌবা কুইদ্রেকো!
খঙজো ঙায়রে হয়েংদ
রায়দ সংসার রাখ্রেদ
হাকচদৌবা তানফমদো!'

তারেদনা! অবাবা সংসারনি, খোঙথাং খুদিং অবাবা কোকথেংনগনি লাউরখনি। সংসারসীদা লাকপ'মক্ত ঝাদবা লৈতে তাকপনি। মসীনা সংসার মশক থঙবা হায়বদো অদুক মসাখো!

সংসার অবাবা হায়বদুমক্কি হায়দুনা নবুক্ত কিবদি তৌক্লমু। কিরে কিনা, কিদ্রে কিদনা অবাবা কোকথেংনবদি শোয়দ্রবনি। অদুনদি কিরুনীঙায় করি লৈ! কিরুবগী শরুকপুদি অয়াবা লাকপা অপুম্ব মায়োক য়াবা ঙম্লনবা হোৎনৌ। ইপানা নচৌন-ননাওদা লৌরিবা মুপীশিং অসীনা চৎখিবা খোঙকম, থাদ্বিবা খোঙথাং মুন্ন য়েঁঙু। মশা মশাগী ধর্ম্ম (থৌগাই) গী

দমক্ত মখোয়না তৌথিবা খঁঙ্। মপাঙল চনবা মকমদা মপাঙল, মরোৗশং য়াবা মতাংদ মরোশিংনা, অনৗমক চঙক্ত্ বদা মপুক্সি লোইশিন্দুনা মশা মশাগী থোগাই পাঙনথিবীঙাক্সি। মখোয়না পুথিবা লোনচৎ অসীবু নীতি-শাস্ত্রনা পুক্সিগী অথোইবা মন্ত্র ( লাইবা ) কৌই। কাউগনু, মতম পূৃমমক্ত নথঙ্মোই মঙ্গং থঙগদবনি

'থবক্ত পাঁউগা পাঙবা, হকচাংন কেম্মগা কেম্ব'

মন্ত্র অসী খঙবা অমদি চংপ মীনা সংসারদা মমায় পাকথিদবা লৈত্রি। য়েঁঙ্, চাম লাক চাম মম তৌবা সংসারসীদা ঙসিগী ইপানা লীরিবা মুপীশিং অসীদি মঘ কৌবা লৈত্রবনি, লৈররোইদৌবনি। মমত্রিবসীগী মরমদি নচীন-ননাওদা অমুক নীংসঁঙ্ত্রবত্ত অত্নম মখঁঙবসীনি।

পাঙ্গ, খঁঙ্, নীংসংত্বনা শাস্ত্রো ইপানা লীরিবা ভারত নমাচাশিঙ্গী মপুক্সি খোঙকম। মখোয়গী মপুক্সি-খোঙকম পাবা, খঙবা, নীংসংত্বনা শাস্ত্রবসী সঙ্গ তৌবনি হায়বা খঁঙ্। মীদি সঙ্গদনা মাঙনৈ, সঙ্গদনা ফনৈ। অতাঙবা উনা য়োংক সঙ্গ তৌরগা লুপ্পি, অরুপ্প য়োংন উগা সঙ্গ ওইরগনা তাউই। মীগী দোষ-গুণ সঙ্গদগী পোকপঙাক্সি। অদুনা মীনা মী ওইবা ঙমনবা হায়ত্নুনা ঋষিশিংন মথং মথং লাউনরকই

'ফত্তবা সঙ্গ থাদোকউ, অফবা সঙ্গ তৌ'

ঙসি নচীন-ননাও করিত্ত খঙদবী অঙাংঙাক্সি। ঙসি নখোয়না হৌরিবসোংদৌনা ইপানা মপাউ তল্লিবশিং অসীত্ত হৌথিবঙাক্সি। মখোয়গী মাঙওইননা হৌথিবী শিনা শিনা শিদবী মুপী কয়াগী খোঙুল লীরবদগী শিদবা খুভম কাত্নুনা নখোয়গী নমাঙদা ঙাল্লরিবসীনি। নখোয়ত্ত মখোয়গী

খোজ্‌ল অমুক লীরগা তৃঙ্গী নম্মচা পুম্নমক্ক ঙাম্লুগদবনি। শুমিৎন থানা মুত্রিশৈঙ শিদবা থুভম কারবা কনাগী মঙাল মকপা ঊৈলরয়োইদোবনি।

শিদবা থুফম কনাগী পিবা ফম নত্তে, মোপুম্ন থুদিঙ্গীনি।

ইম্ফাল,
মেরা নিঙ্গুং তরাহুমদোইনি চনবা
শগোলশেল
১৮৭৪ শকাব্দ।
( ১৬ ওক্টোবর ১৯৫২ ইং )

মঙ্গল
শ্রীমীনকেতন সিংহ

# করিগী ই

**'সাধনম্বা মন্ত্রস্য পাতনম্বা দেহস্য'**

'থবক্ত পাঁঙগা পাঙবা, হকচাংব কেম্বগা কেম্ব' হায়না মাশকতুনা মপুন্সি মপুন্সি খোঙকময়খিবদগী ভারত-কংগ্রেসোম মুয়োন থূদিং লেম্বরবী ভারত-চন্থু থবগী মপুন্সি খোঙকম মৌনা হোৎকইবা চন্থু ইমাচাশিং থঙ-হমাঙ্খবদগী লাইহ্রিক মচা অসী ইকবরি। ইতি

মেরা নিন্দুং তরাহুমদোইনি চনবা
শগোলশেল
১৮৭৪ শকাব্দ।
( ১৬ ওক্টোবর ১৯৫২ ইং )

মীনকেতন।

# য়াওরিবা

# ভারত-চন্নু



## পদ্মিনী

পদ্মিনী সিংহল-নিংথৌ মচানুপীনি। হমীরশঙ্খনা পোকপনি। মহাক্কী লাইপোক ওইনা পোকপী নুপীনি। মশক ফজে, মতৌ লৈ, মগুণ চেল্লি; নুপী ওইবগী হায়নবী নীংথিবা পুন্নমক মঙোন্দ লোইনা পুল্লপ পুল্লি। অদূনা মহাকপু মমিংদ পদ্মিনী কৌরুবা নত্তে, মশক্কু পদ্মিনীমক্কি হায়নৈ। ফজমনবসীনা সমুদ্রে ঈয়ায়দা চীক্ক পোক্লবশু ভারত কংলৈপুংদ মহাক্কী মনম য়োৌই। ভারতকী নিংথৌ, নিংথৌমচা কয়া কয়ানা সমুদ্রমক্ক থংন থংন মঙোন্দ তমশিন্নে। মথোয়গী মরক্ত মেবারগী রাণা রতনসিংহশু য়াওই। মহাক্ক খ্বায়দগী পুক্নোন হেন্ন থোক-উবগা মহাক্কী শরুক-লাইবক ওইজৌ তম্মস্বগা মঙোন্দ নীংথিবী নিংথৌমচানুপীসী ওঙকই; চিতৌড়গী লৈম

ওইরে। মতম অদুগী রাজস্থানগী নিঁঙোন-মৌশিংদ মহাক্কী মপা অমত্ত য়াওদে। ফজে, নীংথিজৈ হায়নবী পূন্নমক থবাম্মিচাক্কী শাগৈনা থাদ শিনবগুম মঙোন্দ লোইনা অচুম ইশি-মশিনৈ। অদূনা চারণশিংন মহাকপু লৈগা পানে; রাজস্থানগী লৈরাং কৌনৈ।

নীংথিবী পদ্মিনীনা মপুন্সি-থোঙফম লোইশিনখিবা খৃষ্টগী কুমজা ১৩০৩ চনবদনি। মমখিবা অসুক কুইরব-মত্তন্দ মহাকপু ইকাউ-কাউনদে। কাউনদ্রিবসে মশক্কীরা থল্লুগন্নু; মগুম্ননি। শক্তি হকচাংন কেন্দ্রা অচুম লোই-রবনি। গুণ্ডি হকচাংন মং চনখ্রবগু লৈহৌই। গুণ্ডননি মীনা মীশক মুৎনদ্রিবা। পদ্মিনী জোহর-কুণ্ডদা লোই-খিবনি। মহকচাংন কেন্দ্রগা লোয়ন-লোয়ননা মশকফম মমখ্রবনি। মহাকপু কনানা নাৎসঁঙুগনি। অদূব্র মহাক্ক পুখিবা পুকচেন, ফোঙ্খিবা লৌশিং, উৎথিবা মরিন – অসা খিবিক্তি মগুম্নিনা তুঙ্গোইহৌই। অদূনা মহাকপু ঙসিফাও অসুম কাউনদ্রিবসানি।

ফজবা পদ্মিনাগী নীংথিবা মপাউ রাজস্থান্দদা তূৎচুনা লৈখিদে। লৈবাক্কী লমখৈলান অসুম অসুম শীনখিবনা দিল্লী থুং সুলতান অলাউদ্দীনগী মনাকোং য়োখি। সুলতান অসীমক্তি শারমথোক হায়নবা মীতা জাত্তুনি। মঙোন্দ অফ-ফত্ত লৈতে; অচুম-চুমদ নাইদে। মশাগী নুঁঙাইবদা ময়েংব, মশাগী ৱাখন্দ মতোবা, হৌজিক-হৌজিক নুঁঙাই-

থোক্লগা লোইরেদা মখনবা গীওংনি। মঙোন্দ কয়ামংকী পাউ অঙাওবনি; বেহেস্ত-দুযোগকী ৱা অসাবনি। 'অল্লাহশু অল্লাহগী থোকপা ঐশু ঐগী থোকপা' হায়না ইকোম-কোম্ন পানবা থম্মোইনি। মহাক্কুম্ন মীওংন পদ্মিনীগুম্বী নীংথিবী অমগী ফজবা মপাউ ফংদা করি নাংব হোনৈ! 'অমুক্তুং ইমাও থারবদিকো!' নাংফম থোকই। অদূনা অলাউদ্দীন পদ্মিনীবু রাণাদগী মুন্দুনা অন্দরমহল চনগে নীখি। অমরোমদনা, গুজরাট জয় তৌরুবদগী ফঙকপা নীংথিবী কমলাদেবীগী ফজবা ময়াইনা উংদুনা হান্ন ঙাওবগী মথক্ত ঙাওদুনা লৈরিবা সুলতান্নি। অদূনা পদ্মিনাগী মপাউ হেক ফংবগা ৱাথল অমা থন্থবা নংদনা মঙোন্দ মহাকপু কংলনবা লাইরিক অমা তনই ইখি। শগোল-পাউনা রাণাদা তন্থা অদুম থারে।

অলাউদ্দীন মশাবু লাই ওইনা নাংব নীপানি। মহাক্কী ময়াথংদি অল্লাহমক্কানি থনবা থম্মোইনি। রাণানা মশাগী লৈম শোয়দনা কংলগনি থাজে। অদূনা চিতৌড়দগী পদ্মিনী থুঁঙগদবা নুমিৎ মশীং থেকপা হোরক্লে। নোংম হৌথি নোংম লাক নুমিৎ মশীং সুরে। শগোল-পাউশু হল্লক্লে। পদ্মিনীদি লাক্ত্রে। মাগী মহুত্ত রাণাগী থীরবা মীচৈ অমদুম থুঁঙরে। সুলতান ময়াথং ঙাক্লক্তবগী নুঁঙাই-খিদবনে পদ্মিনী ফংদবগী খোয়রাওবনে শাউবনা মৈ থোক্লে। রাণাবু মতীক চাবা তৌগে নীংলে। অচৌবা

তেঙ্গোল অমা তন্সেম সেম্লে। মশামক্ক পুডুনা চিতৌড় লান চৎলে।

শিশোদিয়া রাজপুতকী পিবা-ফুঙ্গ্গানি। শিবা কিদ্রে হায়নরিবা রাজপুতকা মকোক্নি। সুলতান্ন লান লাকপদা মখোয়মা করি নাচুঁঙ্নিঙাই লৈ! করিশু নাচুৎদে। তৌবদদি অলাউদ্দীনবু খরদং মউ চোকথহল্লগা পাগে নীং লানবল থোঙ থিঁঙে। লাঞ্জাবা খর-খরদং নত্তনা তেঙ্গোল অমত্ত মপান থোক্ত্রে। অলাউদ্দীন্না লানবন্ন অকনবনিনা থুগাইবা ঙম্মরোই খঁঙডুনা কোয়ডুনা অডুম মরেরে। রাজপুতনা মবুক লৈরক্তডুনা মপাল থোক্লক্লবদা লোইশিনগনি ঋন্দুনা শীংডুনা অডুম মরেল্লে। অদূনা লান লৈতে হায়রবশু ময়াব, লৈ হায়রবশু ময়াবা মওংনি। করিনা! পঙ্গাউ য়ান্নদ্রবশু লাঞ্জাবা মশেন্দি তত্তনা থেংনৈ। মায়গৈ অনীনা অসুম য়াক্লডুনা লৈরিঙৈসীদা দিল্লীদা অবাবা অমা লাক্লে। হিমালয় বাংমদগী মুগলশিং লান কূম্লক্লে। রাজপুতনা মবুক লৈরক্তডুনা থোরকপফাও ঙাইডুনা লোইশিনগনি শীঁঙম্ব অলাউদ্দীন মরেবাক হন্দবা য়ারক্ত্রে। চিল্লবা তাঞ্জা অসীদশু মশাগী কান্নদ্রবা অপাম্বদি থাঙমদ্রি। 'পদ্মিনীগী দমক লাকপা লান্নি। মশকফাও উদনা হনবদি চুমদে।' হল্লক্লে মবুক্ত সুলতান। মশক্তদি উগে নীং 'ঐহাক পদ্মিনীগী দমক লাকপনি। মশা ফঙ্গনি হায়বদি উদ্রে। মশক্তগা অমুক্তং য়েংনীঁঙি, মশাদা পকপা সনা-

লুপাদগী মশা শক্তনা পুনীঁঙি। ঐনা হায়রিবসী য়ারবদি ঐহাক লানশং ফূক্লগনি।" হায়না পাউ থাজিল্লে।

রাণা সুলতানগী পাউ লৈবাক্ত লাউথোক্লে। লৈবাক্ন পাম্ব তৌ হায়না হায়দোক্লে। লৈবাক নাপাক তানরে। কাওবু অমনা তেন্সন্নবনা ফৈ কাওবু অমনা ফত্তে হায়তুনা মুক্লরক্লে। হোয়গা মাইগ কন্ন চিংনরক্লে; ৱা তানবা ওমদ্রে। খন্নরিবা ৱাফম অসী লৈমগী মনাকোং য়োরে। "ঐগী ইশক উৎপনা, ঐগী ইপোৎ-ইচৈ খরদং কায়বনা লৈবাক্কী অৱাবা কোক্লগদবা লৈরবদি ঐ ইশানা চোংথোক-ফম থোকইনা!" খল্লক্লে লৈবাক্ন মহাকথঙ্গীদমক ৱানবদা ৱাজরবা পদ্মিনী। "ঐগী ইশক মিংশেন্দ উৎপ য়ারবা ৱা তেন্সন্ননবা তৌবসি। ঐগী ইশাদা পকপা লীক-কোন পুন্ন-মকক্ত লাম্হোকচরে। ঐগী ইহাকথঙ্গী দমক্ত লৈবাক্ন ৱান-রিবসা উবদা ঐগী ইথম্মোই পুওমদরে। ইহাকথঙ্গী দমক্ত চিতৌড়দা ঈগী লৌখোং চেল্লগদোরে খল্লুবদা অমুক হেন্ন পুওমশিল্লক্তরে। ধর্ম্মনা ধর্ম্মবু য়োক্লবদি ঐনা ইরৈবাক নুং-শিজবা ধর্ম্মনা ঐগী নুপীওইবগী ধর্ম্ম শোয়দনা ঙাকচগনি। ঐগা ইপুরোইবদা, ঐগী ইনিংথোদা, অওম্ব-প্রজা পুন্নমক্ত ওসি পাদ্মিনীনা ভিক্ষাসীমতং নিজরি।" হায়না থোগনপাউ থাদোরক্লে। লৈমগী মপাউ তাবদা লৈবাক-অওম্ব চপমান্ননা নুঁঙাইনখি। লৈমবু খোঞ্জেন অমত্ত ওইনা থাগৎনখি। অসাইমখে ফৈগা ফত্তেগা য়েৎনরম্ব, হোয়গা মায়গা মুক্লরম্ব

তেন্জন্নরে। লৈমগী অচৌবা পুকচেন্ন লৈবাক্কী অৱাবা পোৎলুম থারে। অলাউদ্দীন্দ মহাক্ন নীংব থুঁঙগনি হায়বা পাউ হল্লে।

রাজপুতকী লীচৎ মুন্ন খঙবা অলাউদ্দীন্ন। করিমতা অকি-অখং লৈতনা হাকথং খোৌগল অম'নীদঙ্গ কোন্নুং চঁঙল্লে। মরৌ-লৈবা মীনি। করিগুম্ব কান্নবা ফংলবদি খন্দুনা তেঙ্গোল খরনা সনখোং ময়াদ লোত্তুনা থনম্মে। রাজপুত্তি মূক্নরিঙৈদনা মৈ, তেনরবদনা ঈশিংনি। ঈশিং-মুক ঈংন মহাকপু ওল্লে। হায়নবা মতুংইন্ন অলাউদ্দীন্দ পদ্মিনীগী মমি উৎলে; মশাদা পকপা লীক-কোন লোইনা লাম্থোক্লে। মরুপ্ত মরুপ্তৌনা মহাকপু নুংশিনা তৌরে। ওহাক ৱারী-ৱাতাই সানদুনা নুঁঙাইনরে। বিদায়গী তান-ফম য়োৌরক্লবদা রাণা রাজপুতকী লোনচৎ মতুংইন্ন সুল-তানবু থিন্দোক্লল্লে। ওইরিবা মতা অদী মহাক্ন (সুলতান্ন) পাম্বমক খোক্লে। করিনা! মহাক্তি পদ্মিনীগী মশক উরুবদগী লৈফম খঙদ্রবনি। তৌফম খঙদ্রদুনা ৱানা লৈরম্মবনি। রাণানা ইকোম কোম্ন মহাকপু থিন্দোকপদূ উবদা মহাক ফাদুনা পুরগা পদ্মিনীগী লম্বী অমা সেম্ব য়াগনি হায়না থনখি। সনথোং য়োৌরে। রাণা সুলতানবু অরোইবা বিদায় তৌরক্লে। তাঞ্জা অসীদা মহাক্কী ঈঙ্গিত অমনা লোৎলম্ব তেঙ্গোল চোংথোরক্লে। রাণাবু মথোঙ-মথুৎ পুন, শগোন্দ হাপ পুদুনা চেল্লে।

নিংথৌ ফাখ্ বদা লৈবাক হৌরে। লান থোক্লবা শীন্নরক্লে। লৈবাক্ত তৌরিবদু উবদা, মহাকথঙ্গীদমক লৈবাকনিংথৌনা ৱানরিবদু খল্লুবদা পদ্মিনীদি লৈফম খঙদ্রে। করি করম্ব লম্বীনা মরৈবাকপু, মপুরোইবর কন্নবা য়াগদগে খল্লি। তাঙ্গা অদুমক্তদা অলাউদ্দীন্দগী পাউ লাক্লে। লৈমগা নিংথৌগা শিন্নবা য়াগনি হায়রক্লে। পাউ অসী লাক্লবদা নুংবংনদুনা লৈরুরবী লৈম মোমোন নোক্লে। অঙম্বশিং কোশিন্দুনা "অঙম্ব পুন্নমক তাবিসি, লৈবাক্ত ইহাকথঙ্গীদমক লান মায়োক্লবা তারকপা উবদা ঐগী ইথৱায়সী য়াম্ন ৱারুরবনি; ঙাওন শাওনবগুম লৈরুরবনি। অদুবু চিতৌড়েশ্বরীনা লম্বী অমা পীনরে। ফজ্রবা মুশলমান্সীনা হায়রকইবা ৱাফম অসীমক্ত ঐখোয়গী লম্বী ওইনদুনা মহাকপু মতীকচাবা তৌবনা ফগবরা নীংঙৈজে। মঙোন্দ ঐহাক নুপী লোয়নবী চাতরেৎক দোলাইদা দিল্লী চৎনবা লাক্লনি হায়না পাউ হৌজিক্মক হনবিনবা তৌবিসি। অদুগা লম্বীদা কনাগুম্ব অমত্তনা দোলাই ময় চঙবা, করেম-কথাইনবা য়ারোই হায়নশু তাকপিথিসি। অরোইবদনা, ঐনা দিল্লীগী অন্দরমহল চৎপ তারবনিনা রাণাদা অরোইবা বিদায় লৌনীংঙি; বিদায়গী মতম পীগদোবনি; বিদায়গী মমাঙদা ঐপা মহাক্ত (সুলতান) উন্নবা য়ারোই: অদুগা দোলাই শরদি ঐবু চুম্ন থিন্দোক্তদবনি; অদুনা অমুক কোংসুংদ হজ্জিনহৌগনি; মখোয়না হজ্জিনবদশু লম্বী তশেং তশেংনা

থমগদবনি হায়বিসি। মহাক্কী মপাউ ঐনা য়াম্ন খোরাঁঙবনি হায়না থুজিনবা য়াননবা ইবিথিসি। অসোমদনা, অথোবা চাতরেৎন দোলাই কাবিরগা লাম্মী তরুক তরুক দোলাই-রেং ওইনবিদুনা মুসলমানগী লাঙ্গং চঙবিসি। ঐগী দোলাই সাবদুনা রাণাবু কৈস্তুমশংদগী পুথোকপারক্লগা লাঙ্গং বাংম লাপ্লে হায়বা তাঞ্জাদা মুশলমানগী মথক্তা শান তাবিনবা তৌবিসি। মখোয়না সেম-সাদ্রিহৈঙদা ঐখোয়না ফনা য়াম্না লাক্লনহৌবা য়াগদরা নীংজৈ। অসী পূম্নমক চুম্ন নীংসং-জবনি। অঙম্বশিংনা ফগদরা থনবিরর্বাদি তৌবিগনি থঞ্জে।" হায়না তাক্লক্লে লৌশিং লৌশিং-লৈবী পদ্মিনী। লৈমগী মপাউ তাবদা অঙম্ব পূম্নমক নুঁঙাইনখি। মনুং-মপান অনীমক্কী থবক খোক্লবা প্রপ প্রপ শীন্নখি।

অলাউদ্দীন লাইরিক ফংলে। পদ্মিনীবু পাম্বনা, খো-রাংবনা উংদুনা লৈরবা কৌক্লি। মবুক্তশু "মিৎন উবা লাই ঐবু পাম্মোইদৌবা কনা লৈ!" হায়না পোঙলবা নাপানি। অফ-ফত্ত থম্বা ঙমদে। লাইরিক্কা মরোন পূম্নমক শিং-শিংন য়ারে। পদ্মিনীগা রাণাগা পুখায় অমা উন্নবা য়াগনি হায়না পাউ পীরক্লে। রাজপুতশু পাউ ফঁঙবদা নুঁঙাইনরে। বানা নোঁঙানবা ঙাইনরক্লে।

নোং ঙাপ্লে। চিতৌড়গী থোঙলেন হাংলে। অথোবা চাতরেৎ দোলাই কারে। লাম্মী তরুক-তরুক দোলাইরেং ওইরে। দোলাই ময়াম ককচেং পরেং চৎপগুম মরী মরী

হাদোক্লে। অদূ উবদা অলাউদ্দীনগী নুঁঙাইবা লোইরে। মশক অমুক সেম্মি ; মকোই অমুক নাপ্লি ; পদ্মিনী উন্নবদা করিনা ৰাহৌসিবা অমুক থল্লি। অদুদগী মশক তনয়েং অমুক য়েঁঙি। চেপ্প, চিংন, লৈনা-লৈনা কয়া য়েঁঙি। য়েঁঙম্বদগী মনাইশিং-করিশিংন পদ্মিনীগী থূক্ত শোয়রু-লাকউরবদি খংখন থল্লকই। থল্লুবদা মিহুন ব্রং হৌই ফ্রং-ফ্রং হুল্লি ; ফুক হৌগত্তুনা মনাক্ত লৈবা মী মথং-মথং তন্থা থাদোকই। ঙহাক অদুদা সুলতানগী অমুক্তং চিঞ্জবা হায়বদু লোইরে। মহাক্ক পোকউৈদগী অসুক চিঞ্জবদি থোকপু থোর্কাখিদ্রি। অম-রোমদনা, দোলাই মরী-মরী থুঁঙরে। অদূ উবদা লৈমগী দোলাই রাণারোমদা পুর্শিন্নবা হুকুম তৌরে। চিতোড় হন্হোগদবা সারিবশিংদূশু লৈমগী দোলাই মতুং ইল্লে। কৈশুমশং মনুংদ চঁঙিবা কাঙবূদুনা তৌনরিবা লৌশিং পুন্ন-মক মনিংথৌদা হোদোকউরে। রাণা দোলাই তনগা কারে। হাথু-হাথু তৌরবদি খংখিবনা হানগনি থন্দুনা ঙহাক পন্গিন-খোচিন্নরে। অদুদগী তাঞ্জা য়েংদুনা লেং পুবা মুশলমান অঙম্বগী মৰা লোরে। দোলাই মরী মরী লান্সং ৰাংম তল্লে।

থবক অমা লোইশিল্লকপা উরবদা লৈহৌরিবা রাজপুত তেঙ্গোন মনুং-মনুংদ সেম-সানরে ; ফোঙবদি ফোঙ-দোক্তে ; নিংথৌনা লান্সং ৰাংম লানখিবা, মহিঁঙনিনা ছায়বা মতাং অদু য়োৰা য়েংদুনা লৈনরি। মিহুন্দি মীপুম

থূদিংমক্কী, খঁঙকপনা হানগদরা কিবনা চেনগুম-চেনগানৈ। পাখৎখিবদগী, মুশলমান্ন খঁঙকপা মতম শাংদোক্লবা মমিৎ লন্ন-লন্ন কুপ্প লাক্লরি। অমরোমদনা, পদ্মিনী খোৱাংবদগী ঙাইঙমদ্রবা সুলতান ঙাওখিবদগী মতম তেন্সিন্নবনি হায়দুনা মমিৎ তোইকুপ কুপ্লি। মহৌশাগী থোকপদা চৎপ মতম্নদি কনাগীশু য়েঁঙুদে; মশাগী তাঙবা মিকুপ অমা লান, মিকুপ অমা কান মহৌশাগী শিঙ্গাংদ অদুম মচৎলি। অদূবু চৎশিল্লকইবনা পুখায় অমা ফারক্লে। রাজপুত রাণাবু কদাই য়োররিদোনো ৱানরে। সুলতান পূং সুরে হরাউরে। পুখায় অমা খরা কল্লকপদদি ঙাইঙমদবদগী সুলতান মশামক রাণাগী কৈসুমশং তম্ন ফৃদোরক্লে। রাজপূতসু ফন-ফন চোংথোক্লরক্লে; মথৱায় লোগদোবগী মঙোন্দ তমশিন্ন-রক্লে। অদূবু মহাক্কী অওম্বশিংন মরক থৎখিবদগী রাজ-পুতনা মথুৎ চঙ্হৌবা ঙমদ্রে; চেং খরা লৈরম্বনা মশাদি হিংখরে; মাবু কনবা থূত্তি অদুম লোইহৌরে।

অকিবা লানফম থোক্লে। হিন্দু-মুশলমান তোরা তুনবে। ঙহাক্কী মনুংদ ঈনা লোখোং চেল্লে। মীশা তাউবে; মীকোক ওল্লে। লানগী লাল্লাউগা শা-উচেক্কী মথোনগা পূনখিবনা অকি-বগী মথক্ত অকিবা হাপখে। মায়গৈ অনীমক অমত্ত হন্নদে। রাজপুতকী মশীংদি অককবনি। মুশলমানগীদি সমুদ্রগী লৈঙোইনি। রাজপুত অমনা চাম-চাম পাখিদুনসু অদুম মরেম্মোবদা মথংলবনি। নুমিৎন তারকপা অদূৱাইদদি

সমুদ্রদা হিরুপ্পগুম রাজপুত তেঙ্গোন লুপ্লে ; তুম্মে। তরাই-তরাই তুমখিবদি নত্তে ; অমগন্ন মশীং থাওমদনা কোন্নখ্‌-বনি। কোন্নখ্রবস্থ মুশলমান তেঙ্গোন্দদি পঙ্কায়-কায়না থোকহৌদরে। সমুদ্রদগী ঈশিং ফনা কহোক্তুনবু করি ওইরুগনি !

নোং ঙাল্লে। রাজপুত তেঙ্গোন অনৌবা ফ্‌দোক্লে। রাজপুত, অমমন্ন চাম-চাম হাৎলম্মগা ন্নুমিৎ তাবদা তুমখরে। মুশলমান, লীশিং লীশিং মাঙনা মাঙনা মরেং তাদবগুম খাওহোরে। অমুক নোঁঙাল্লে। য়ান্নরে। রাজপুত তুম্মে, মুশলমান লৈহোরে। অম্মন্ন ন্নুমিৎ কয়ানি অকিবা ফংন পাঠান-রাজপুত য়ান্নরে। রাজপুত লোইশিল্লক্লে। গোরা, বাদল, নিংথৌমচা তরামাথোই, মথোয় মথোয়গী তেঙ্গোন তেঙ্গোন কোন্ননা লানফমদা অথৌবগী য়াহীপ তমথরে। হৌজিক্তি নিংথৌগা অঙম্ব-প্রজা খরদংদগদা মঙাইহোরে। লান ঙম্ব নল্রগা শিবদনা মথৌদাং ওইনরবা রাজপুত মরে-বাক্কীদমক, মগুণগীদমক শিবা লেপ্পরে। রাণা লৈমদা অরোই-বা বিদায় লৌনা লৌনা লৈম মশাগী অমদি রাজপুত-চন্নু-মৌশিঙ্গী ধর্ম্ম শিন্নরে।

ঙসি রাজপুতকী অরোইবা ন্নুমিৎনি। মশা মশা রণ-চণ্ডীগী ভোগ তম্নরবনি। অঙম্ব-নিংথৌ শাপোৎ-লানপোৎ শেৎপ লোইরে। চিতৌড়েশ্বরীগী মন্দিরদা চঁঙে। অরোইবা দর্শন তৌরে। তৌনা তৌনা "ইমা ! থাঙ্গী তাগী মরক্ত

ঐখোয় রাজপুতনি, য়েক্লবা ককপা নম্রগা ককখিবনা ঐ-খোয়গী ধর্ম্মনি হায়বসাদদি কাউদবা পীনোকো!" হায়না চিতৌড়-লাইরেন্ম থুরম্নরক্লে। লৈমনচিংবী রাজপুত-চন্নু-মৌশিঙ্গী জয়কার "জয় চিতৌড়েশ্বরী কী জয়!" হায়বা তেঙ্গোনগী লাল্লাউনা শম্মে, পূং-শেন্ন ওক্লে। অকিবা ফং-লবা খোঞ্জেনগী মনিন্ন অরাবল্লী তনাক-তনাক খাঁঙে। খোঞ্জেনগা ঈরোয়ননা চিতৌড়গী য়োংকী থোঙজাও গ্রং হাংদোক্লে, য়োংকী থোং গ্রোং থাধরে; রাজপুত তেঙ্গোন শগোন্দ ফূদোক্লখরে।

শিগনি খওনা ফুজিল্লবা রাজপুতনি। অরোইবা খোঙ্গাও-নি খওলবা মুশলমান্নি। রাজপুত মায়গৈ নাইবা নুংশিং-কুম ফূজিল্লক্লে; মুশলমান উমং অচৌবগুম খোঙফম চেৎন খাঙলক্লে। রাজপুত হাইথুবা য়াবমখৈ হাইথুরক্লে; মুশলমান খাঙবা ঙম্বমখৈ খাঙলক্লে। অঙকপা অকিবা শাফূনি; অঙকপা খাঙহৈবা মগুন্নি। নুংশিংন খোঙফম তোয়না তোয়না হৌড়না উজাউ কয়া কয়া ফূক উরক-উতোন কয়া কয়া তকখায়রবগু উমংন অডুম মরেপহৌবা, মশানা অডুম মমুৎচখিবগুম রাজপুত য়েক্লবা মকোক কয়া কয়া শোই, মরোয়-মনাও মশীং লাকঙমদনা তকখায়-তকখায়না অস্থুম অস্থুম মুৎশিল্লক্লে।

ঙসি অরাবল্লী চীংমাঙদা রাজপুত নীপানা শান্নরিবা অথৌবগী কূম্মে অথৌবগী মহাউ মুন্ন খঁঙবী রাজপুত-চন্নু-

মৌশিংন লাপ্প চিতৌড়গী শঙ্গায় মতোন-মতোন্দ লেপ্প লেপ্প য়েঁঙি। অথৌবশিংন লীক্লাং চোইনা তাবগুম লান-য়াইদা তানরকপা উবদা মিৎলুদ পি শিন্থনরি। অৱাবগী নত্তে, নুঁঙাইবগীনি। নুঁঙাইবগী পিনা চোৎলবা মায়থোং নুমিৎ-মশেক রৈবা লাক্লা থাংব ভয়ঙ্কা অচীকপা মালেমগুম নাংখিজনরি।

তেঙ্গোন পূমতুম তুমশিল্লক্লে। ভাবুক মকোক চৎলম্বী পদ্মিনী রাজপুরোহিত য়েঁঙক্লে। জুহারগী মৈ হোৱা মতম য়ারক্লে নীংসংলক্লে।

জুহার-কুণ্ড মৈ হোগৎলে। রাজপুরোহিতনচিংব ব্রাহ্মণশিংন বেদ-মন্ত্র জপ তৌরক্লে। মন্ত্র জপ তৌনা তৌনা ঘী পুন-পুন হৈজিল্লক্লে; চেং-থোইদিং, লৈ-শূ লংশিল্লক্লে। মৈশেংন ঙুং ঙুং ঙংন ফুরা-দোলান মতোন খেৎন চাকখৎলক্লে। মৈশেংগা মশক উরকপা, মৈনম নুংশিবা তারকপদা লৈমনচিংবা রাজপুত-চনু পুন্নমক মায়থোং মকা লাম্ন শঙ্গায় মতোন-মতোন্দগী মরী মরী হরাউবা খোঙথাংন কুমথনরক্লে।

চনু-মৌ পুন্নমক মশা লোইনা শেংদোক্লরে; ফিঙাং লোইনা হোংনরে; চিতৌড়েশ্বরীগী মন্দিরদা অরোইবা দর্শন চঁঙে। মাগী মাগী মমা-মচা পুল্লপ-পুল্লপ মন্দিরদগী জুহার-কুণ্ড তম্নরক্লে। অঙাংব লৈপরেং পায়র-পায়রদুনা যজ্ঞ-কুণ্ড কোয়নরক্লে। তরেৎলক তরেৎলক সুরকপদা

ঙংন চাক্লবা মৈনুংদ ফল ফল হুঞ্জিন্নরক্লে ; ঙহাক-ঙহাক্কী মনুংদ উৎপুং ওইনা ওইনা তানরক্লে। মৈরাম্বীগী শাগৈনা মৈরি উবদা মমাঙদা চাকথেক-চাকথেক তাখিবা খুৎপু উরু-দবগুম রাজপুত-চন্দ্র মৈরিদা মরেংনৈ ; অতৈ অমা উরুবা লৈতে। ফূজিন্নরক্লে ; মৈদা মশা মশা লোইশিন্নরক্লে। অসুম লোইশিন্নরকপনা পূম্নোই লোইরক্লে। লৈম পদ্মিনীদা মঙাইহোরে।

পদ্মিনী সতীগী মহান যজ্ঞগী পূর্ণাহুতি মতম ওইরে হায়বা উরে। মৈশেং তরেংলক কোররে। আচার্য্যগী মনাক্ত খূরু-খুদক ফম্লে। পূর্ণাহুতিগী মন্ত্র জপ তোরে। মন্ত্রনা মপূং ফারবদা লৈ অঙাংব পরেং পায়দুনা মৈনুংদ চোং-শিনখরে। নাংথিবী পদ্মিনীগী ফজবা শকফম মিকুপ অমগী মনুংদ উৎপূং ওইখরে।

অলাউদ্দীন লান ঙম্মে। চুম্নগী লান নত্তে, রাজপুতকীনি। রাজপুতশু অচম্ব নত্তে, শিশোদিয়ানি। অরাবল্লী চীঙ্খাংদ, বপ্পাগী খুভম চিতৌড়গী কংলাদা ইশলামগী নীনি-পানবা থা য়েকপা ফারান্ন অবু চীংদোন শাংদুনা পাইগদোরবনি। মহাক্কী নুঁঙাইজবা লোইরে। হিমাদ্রিদগী কন্যা অন্তরীপ ফাওবা জয় তৌরকপগী নুঁঙাইবনা ঙসিগী অসী য়োদ্রবনি। পোঙনা-চাউনা কোনুং চঁঙক্লে। মহাক্ন কোনুং হেক য়োবদা মহাক্কী লানঙম্ব মঙক্ত নাংথিবী পদ্মিনীনা পামজবা

লৈগী পরেং হুক্লম্মগনি হায়না পোঙলবা মবুক্ল চাউনা নীং-ত্নশু লাকই।

কোন্নুং য়োরে। পদ্মিনী লৈরমদরে। চুম্ন লৈরমদবা নত্তে, জুহারগী মৈদ উৎ ওইরম্মবনি। খঙজরে, মশাগী অখেংব থৌনা পদ্মিনীগী অঙ্গংব থৌনাগী মফমদা মমায় খূরে; উজরে, মশাগী অমম্ন নাপন পদ্মিনীগী অঙানবা নাপনগী মফমদা মমায় থীরে; পাল্লে, মশাগী ঙকচাউ থেকপা পুকচেন পদ্মিনীগী লুরুক্লবা থম্মোইনা মমু য়েথেক্লে! অসি-দগী হেন্ন মায়থূবা অতে করি লৈরি! অলাউদ্দীন মথম্মোই পুঙমদরে; মায়থীবগী মৈচাক্ল ঙাওথিবদগী চিতৌড়গী ফূরা-দোলান নীংথিবা পূম্নমক থুগাইরক্লে। অসুম অসুম মথং মথং থুগাইরকপদা পদ্মিনীগী শঙ্গায় য়োরক্লে। লানঙম্বী পদ্মিনীগী শঙ্গায় শাথবা লানশি অলাউদ্দীনগী করি মতোক লৈ! শোকপা ঙমদ্রে, শোক্কে। ফূরা-দোলান অতৈনা তুমখ্রবশু লৈহৌরে অত্নুম চাউদম-ৱাংদম নীংথিনা লেপ লৈম পদ্মিনীগী শঙ্গায়।

ফংলে চারণ নীংথিবা শৈরম; পাল্লে ইশৈ মধুবন্ত্রদা; লৈহৌরে জগত্ত ফজবা মপাউ, থবক্ল পান্দবা, লৌশিংন চণ্ড-দ্রবদা মশা মৈদা কৎ, শারমথোক অলাউদ্দীন জয় তৌখিবী

লৈম পদ্মিনীগী।

# লালবাই

লালবাই আহোর-নিংথৌ মচানুপীনি। রাৱ পর্ব্বত-সিংহনা পোকপনি। মহাক্না মগুণ মরায়বকথীনবী নুপী-শিঙ্গী অমনি। লৈম পদিন্নৌনা মশক্ক মশাগী য়েক্লজবদা নত্তনা মপুরোইবগী, মরৈবাক্কী, মমান্নবী নুপী শাগেগী মাঙ-নঙাই ওইথিবগুম মহাক্ন মশক্ক মশাদগী য়েক্লজবা নত্তনা, মপাগী, মবুঙ্গী, মরৈবাক্কী অমদি আহোর-লৈবাক্কা চনু-মো হায়ত্নুনা মহাক্কী লোন্দ পানখিবী পুন্নমক্কা মাঙনঙাই ওই-খিবী নুপীনি।

ভারতকী মুশলমান যুগকী চৈকোক্ত পানখিবা মুশলমান নিংথৌ অয়াম্ব মশাগীদা পান্নে। লৈবাক্কী করিগুম্বা'মত্ত য়েঁঙ্বা লৈতে, মশাগী খুভম কায়দনবদা মহোৎননৈ। মখোয়না তৌবা হায়ববু মীগী খুভম মুনবা, মীগী লনগে মৎপ, মীগী পুকে তকপা অসীদনি। নহান্ন মহাক্কা লৈবাক লোরে, হন্দক্ক কনাগী লোবা, হয়েংমুক্ক কনাগী তানবা অসীদা মথল্লি; অসীদগীদা মহোৎনৈ। মখোয়গী পোথাফম্ন শা-য়ু, পুং-ইশৈ, নুপী ফজবীদা ওইনৈ। অদুনা মতম অদুগী নিংথৌশিঙ্গী থবক হায়ববু লানগা নুপীশিঙ্গা নুঁঙাইনবগা অনীসিনা লোইরে।

অহমদশাহ, হায়রিবা মতম অসীগী সিন্ধুদেশকী বাদশাহনি।

মহাক্ত্রু মতমগী ঈরাং চপচানা অতুম মচৎপ নীপানি। করম-করম্ব লৈবাক্ত মপান ফরিবা, কদাই-কদাইদা নুপী ফজবী লৈরিবা অসীদনি মহাক্ত থিরিবা। নোংম অসুম ৱারী সানরকপদা লালবাইগী ৱা হৌদোক্লরক্লে। মহাকপু উরুবা, খঁঙুবা কাঙবূনা "শাহন্‌শাহ, আগোরগী নিংথৌ-মচানুপী লালবাইগী মৱাদি করি অমুক হঙৎলুগনি! ফজবা হায়বদুনা মশক পান্দুনা জহান অসীদা হেক্ত মচোংথোক-পনি। মমাঙৈদা লৈরম্মি হায়নরিবা চিতৌড়গী লৈম পদ্মিনী হায়বাদু উবদি উহৌদ্রবনিনা করি থোইদোকপা হায়রুনিঙাইদি লৈত্রে। অদূমকপু হৌজিক্লিং পুথোকপা য়াদুনা লালবাইগা থানরবদি থঙ্গদবনি। মহাক্কী 'রাজস্থানগী লৈরাং' হায়বা মিংফম্ম মুৎপাদি কৈদগী শোয়রুগবনো! ফজৈ, ফনা য়োনা নীংখিনা ফজৈ লালবাই হায়বীসী! মহাক্কবু অন্দরমহলদা লাক্লবদি কোনুং অসী করিগী পূমঙান ঙান্দ-গবনো!" হায়না থাগৎনরকই। অদূ তাবদা বাদশাহ লৈবা য়াদরে। "রাৱজী, হৌজিক নিংথৌমচানুপী কয়া কয়ানা বাদশাহ-সুলতাগিঙ্গী অন্দরমহল ওঙনরবনা নহাক্ত্রু ঐঙোন্দ নচা থাজবদা করিশু অকায়বা লৈতে। ঐ লালবাইগী মশক-মতৌগী ৱা তাবদা বেগম হাপকে নীঙে। ঐ ইশা লাক্তুনা লোৱো হায়রবশু ফৈ; নহাক্ত নশানা পুরক্কে হায়রবশু য়াই। অমবু ওইরবশু অমবু ওইরবশু হৌনবী মতুং ইন্ন লুহোংদুনা বেগম চাউনা থিন্দোক্কনি। লাইরিক্সীগা কোন্ননা

লালবাইগী ফিরোন, লীক-কোন খুদোন তমখিবনি। নুংশিনা লোইশিন্নদুনা খুৎলাইনা ৱাতেম্নদনবা শীনবনা ফগনি নীঁঙি।" হায়না লাইরিক অমা তনই-ইদুনা পর্ব্বতসিংহদা থারে অহমদশাহ।

বাদশাহগী লাইরিক আহোর য়োরে। পাবদা পর্ব্বত-সিংহ শাউবনা মৈ থোক্লে। মহাক্কী মশাউ উবদা পাউ লাকইবশিং অদূ মশা-মশানা হিংবগী ৱাথন থাদোক্লুরবনি। অদূবু পাউ চৎপা মী থীনা তৌবা রাজপুতকা লোনচৎ নত্তে। নীংথিনা অদুম থাদোকপীরে। মখোয়গী মবুঁঙোবুদি লৌখৎপ য়াদনা চৈরে।

অহমদশাহশু অলাউদ্দীনগী থাক্মক য়োদ্রবশু নকয়া-ৱাইদা অদুম মরৈবা মীতানি। "দুনিয়াগী মালিক ঐদনি, অতৈদি ঐগী হুকুম ইন্নবা পোকচবনি" নীংব মীওংনি। অদুনা অফবা পাউ হল্লক্কনি, হল্লকফম থোকই হায়না কন্ন থাজে। ভাবনা দোলান কয়া সাই, মঙ কয়া মঁঙি। পাউ হল্লক্লবা মতমদদি মহাক্কী দোলান নীখায়রে, মঙ কায়রে। নুঙাইবা মঙফমদগী ওন্থরক নাংব-কায়বা লৈমায়দা নীং-থেংননা তাবদা মখোয়দো শাউগংপ থেংলে। অসুম মনুঁ-ঙাইরক্ত অসুম মনুঁঙাইরক্ত মমৈদাদি লাম্মা লীশিং তরা তল্লাও-লাঁঙে; মশামক্র পুদুনা আহোর লান চৎলে।

আহোরশু বাদশাহ লান লাক্লে হায়বা তারে। লানগী সেম-সাবা লোইরে। ঙস্বমখে অচা-অথক কিলাদা পৈ-

শিল্লে। মনুংদ খাঙনবা য়াবমখৈ খাঙননবা হোৎনরে। কিলা থোঙ লোল্লে।

রাজপুতনা মনুংদ, মুশলমান্ন মপান্দ লৈনরে। মুশলমান্ন থোঙ নমথেক্নবা কয়া কয়া হোৎনৈ, চেকপন লানখৎনবা কয়া কয়া য়েঁঙি ; কান্নদরে। রাজপুতনা অহিংদ নোংমাইদা অরোনবা থোঙদা লাম্থোরক্তুনা মুশলমানগী লাঙ্গং মৈ কয়া কয়া থায়, লাঞ্জাবা কয়া কয়া শোই ; কান্নদরে। অদূবু অমনশু মপান থোরক্তে অদূগা অমনশু হনবা তৌদরে। অসুম য়াক্নদূনা লৈবনা থা অহুম সুজিল্লক্লে। রাজপুত মচিঞ্জাক লৈরক্তরে। লান থোক্তবা য়ারোইদৌরে। থোকপদা লেপ্পরে। নীপানা ঙম্মগা মুশলমান তকথায়বা, ঙমদ্রগা অমফাওবা তুবা লেপ্পরে। নুপীনা লানগী মওং য়েংন মখোয়গী ধর্ম্ম ঙাক্নবা হোৎনজবশু তানরে। পূম্লোই লোইনরে।

মতুং নোংম-কোনবা নুমিৎকী ৱানি। রাজপুত নীপা পূম্নমক মওক্ত তুলসীমালা অমমম শিনরে ; শালিগরাম অমমম পুন্নরে। শিব-চণ্ডবা ভগবান্দ কখোক্তুনা শগোন্দ ফূদোক্নরক্লে। মুশলমান্সু রাজপুতকী মওং অদূ উবদা অরোইবনি হায়বা খঁঙে। লাম্থোং চানা শীন্দুনা ফূজিল্লক্লে।

অকিবা লান হোরে। হিন্দু-মুশলমান তোরা তুনরে। ঈনা লৌখোং চেল্লে, মীশা তাউরে, মীকোক ওল্লে। অনীমক অতুবা য়েংনদে, অহিং-অহিংব্দা ময়েংনৈ। থাঙ্গ থাঙ্গ

পাইশিন্নে; তাগা তাগা ফৃজিন্নে; তেনগা তেনপা চীল্লোক্কে। মীগা মীগা মীনন্নডুনা তুমিন্নে। কনানা মীশা থা, কনানা মীকোক খাঙ, কনানা মীগী হকচাংখাঙ ওই অথোবগী য়াহীপ তম্নরি। অস্নুম শোক্লরকপা, শিনরকপনা নুমিৎ ময়ুম চঁঙম-দাই ওইরক্লে। রাজপুত তুমশিল্লক্লে। লৈহৌরিবা কাঙবূদূদি খুদোনবীনা মশীং থীবা য়ারক্লে। তাঞ্জা অসী য়োরক্লবদা কিলাগী চেকপন্দ কূম্নে রেঁঙম্বী রাজপুত-চনু পূন্নমক জুহারগী কূমথনরক্লে। যজ্ঞগী মৈদা মশা মশা হোম কৎ-নরক্লে।

লানফমদা নীপা তুম্মে, মৈদা নুপী লোইরে। অহাঙবা আহোরনা অহমদশাহগী মথুক্ত তাহৌরে।

বাদশাহ কোনুং চঁঙে; লালবাই কোয়থি থিরক্লে। ফংদরে। কাইনথংদ নুপী পূন্নমক মৈদা শিখরে হায়বা খঙলে। লালবাইশু য়াওথিরম্ব তারে হায়না মবুক্ত খল্লে। নীংব-কায়রবা মথম্মোই, লান ঙম্মে হায়বদূ মঙায়রে, নুঁ-ঙাইফম খঙদরে। চুম্নগী মনুঁঙাইতা নত্তে। ফজবী নুপা ফং-হৌদবগীশু খোয়রাঁঙি, নুঁঙাইতে। "করিশু লৈতবী নুপী-মচা অমনা ঐহাক্লুম্ব দুনিয়াগী মালিকপু করিশু লৈতনা খন-খেকো! মশা মৈদা চঙ ঐবু ইকাইবা পীরম্মেকো।" হায়ব-দূগীশু খোয়শাউই; নুঁঙাইতে। নুঁঙাইতবা অনী পুনবনি। থেংন নুঁঙাইখিদবদগী করিগুম্বী'মত্ত তৌদনা কোনুংদ অদুম মতম থরা লৈথরে।

লালবাই জুহার য়াওদে। লানগী মমাঙদা মপা নিংথৌনা সামন্ত অমদা শিন্নদুনা থমখি। মহাকথঙ্গীদমক মপা-মমা, মবুং-মোপ্া, লৈবাক্কী নুপী-নাপা পূম্নমক তুম্মে হায়বা তারে। মথৱায় পুবা ঙম্দরে; শিরগে নাঁঙে। মহাকথঙ্গীদমক মাঙনখ্রিবা ময়ামগী লম্মন শিঙমদনা লেমশি শিবদি শিফম থোক্কে নাং লম্বী রেংব হৌরক্লে। মপাঙ্গন্নদি ঙম্মরোই উবনা মরোশিংন লম্মন থুম্মগে লেপ্লে। "ইপা শকপা, লালবাই ঐহাক্কা ইহাকথংদগী লৈবাক-নিংথৌ লোইনা তুম্মে। ঐনা হৌজিক হিঁঙুবগী করিশু কান্নবা লৈত্রে। শিবদদি লেমশি শিনিংদে। ইপাগী ইমাগী, ইবুঙ্গা ইপ্াগী, লৈবাক্কী নুপী-নাপা পূ্মমক্কা লম্মন্দদি থুম্মম্মগা শিনাঁঙি। অদুবু পাঙ্গন্নদি ৱারগনি; লোশিংনা ঙম্বরা য়েঁঙগে নাঁঙে। অখোবা, নহাক্ক ঐহাক হিঁঙি কারবনা অহমদশাহদা থঙহনবিখো। ঐনা নাঁঙিবসা ৎংব য়াননবা, ঐনা হিংহৌরিবসী মহাক্কীদমক্কি, হৌনবী মতুং ইন্ন লুহোংদুনো বেগমশীংদ চঞ্জনবা ৱানা ঙাইরির হায়বসা'মত্তঙ্গ থোচ্চনাবখো।" হায়রক্লে সামন্ত য়েঁঙদুনা নিংথৌমচানুপী লালবাই। 'করিনো ইবেম্ম, রাৱ পর্ব্বতসিংহগী মচানুপীনা মুশলমানগী শেগা মোনথাংনরুবা! নশা মাংথোক্না লম্মন থুম্ব! ঐ লৈরিঙৈদা মদূদি থোকপা য়ারোই। ইমান্নবা নিংথৌমচা কয়া লৈরি রাজস্থানসীদা। নেকউখিগনি, তকথায়মিন্নখিগনি মুশলমান।' থুম্মকই নুঁঙাইতবা য়াম্মনখিবনা নুঁঙাইতফম

খঙদ্রবা সামন্ত। 'ইহাকথংদগী আহোর ঈনা লৌখোং চেন্লে, উৎন চাংদূম খিল্লে। অনৌবা ঈনোৎ হাপ্তু না ঈগী তুরেন চেহ্নন্নীংদ্রে, অনৌবা উৎ নোংশিন্দুনা উৎকী চাং খিন্নীংদরে। ৱাবিরুন্নু, ঐ রাজপুত-চনুনি। নখোয় খ্বায়গী নমায় অমত্ত চোপ্লোই। ঐনা হায়জরিবা অসাদা শীনবিনবা তৌবিয়্য।' তনথুম খুম্মকই লালবাই। 'ইবেম্মা, নংন ঐহাকপু ইপা হায়না মিঙ্গৌরবনি, ঐ নঙ্গী ধর্ম্ম-পিতানি; নংন ইনিংথৌগী মচানুপানি, অদূগী মথক্ত ঐগী ধর্ম্ম-কন্যানি। নংন তৌগদৌরিবা থবক্কা মওং মুন্ন খঙদনা ঐনা য়াবা ৱাগনি। পাণ্ডব-পাণ্ডবগী নত্তে; মদূদি ঈশ্বরগীনি। থবক্কী মওং কৈ ফত্তে খন্দুনা পায়বগা থাকফাওদি ঐখোয়-গীনি।' হায়রক্লে সামন্ত। 'লুহোংবগী ফীবোয়দা হিদাক থাড়ুনা মহাকপু লোইশিন্নবা তৌগনি, করিগম্ত ৱাবিরুগন্নু। করিগুম্ব শোয়রগা থাঙনা ঐগী চঙনফম ওইগনি।' হাইফেৎ ফোঙ-দোক্লক্লে মপাশকপা মফমদা নিংথৌমচানুপী। অস্নম সেগা মাইগা কয়া চিংনরবা মভুংদ ৱা লোইশিন্নরে। অহমদশাহদা পাউ পারে।

বাদশাহগী ন্তঁঙাইবা লোইরে। লুহোংনবা থৌরাং চাউনা তৌরে। আহোরগী ফুরা-দোলান মতোন খূদিং, চেকপন মতোন অকোয়বা হিন্দু-মুশলমান অনীগী ফীরান য়ুঁওে। ফীরান মখল অনীনা য়েৎন য়েৎন পাই, লৈ মখল অনীগী পরেংগুম নাংখিজরি। থবক পূন্নমক হিন্দু-মুশল-

মান অনীগী পানা পানা লাঁঙে। লুহোংবশু হিন্দুগী মওংদ অমুক মুশলমানগীদা অমুক হোওননবা শীল্লে। ব্রাহ্মণ-মূল্লা অনী পূল্লে।

লুহোঁঙমদাই য়ৌশিল্লক্লে। লালবাই বাদশাহবু কৌশিল্লে। লাপ্লপ তৌরিঙৈদা 'শাহনশাহ. নহাক্ল চানবি হায়বা পাউ তাবদগী নহাক্কী ৱাখন্দ তৌজরক্লবনি। নহাকথঙ্গী দমক নাথৈদ্রনা লোংহৌজরবানি। ঐগী লাইবক ফবনা হৌজিক অসুক কায়নথ ফাওবা নহাক্ল ঐবু ন্নংশিবিরম্মি। উবদা ঙসাইনা 'প্রীতম প্যারে' হায়দ্রনা চোংশিঙ্গনাঁঙবনি। অদূবু লুহোংদ্রিঙৈদদি হিন্দূ ঐখোয়গী চৎনবীনা য়াদ্রে। ঙহাক্তং অদৃগা পনবিসি। হিন্দূ ঐখোয়গী বারাত হায়ব'ম চৎনৈ। মদূদি খোক্লোইদোৱবনিনা ঐনা লাওজদ্রনা থম্মিবা ফারোয় অসা হোংবিরগা চেকপন মথক্ত ঙহাক্তং কাবিদ্রনা লৈবাক প্রজাদা শক উৎপিসি। মদূনা বারাত শক্লসন্থু। চানবিবগী চানবিবা হিন্দূ ঐখোয়গা হৌনবীদদি সুনবা তৌবিসি।' হায়রক্লে কেনা নৌনা বাদশাহগী মবুক শুঙ্কাত্ত্না লালবাই। ফজবীগী নাংথিবা শকফমদা পাখৎলবা বাদশাহ ৱা খুমগে তৌবদা মশা নাকথিবনা মরোন সুবা ঙমদরে। ফৈ হায়বমত্তং ৱানা খুম্মকই। খুম্ন খুম্ন ফারোয় হোংলে। নিংথৌমচান্নুপীবু মিতানা য়েঁঙম্মগা চেকপন মতোন কাখরে।

থবক পাঁঙগনি হায়বা উরবদা হরাউজরবী লালবাইশু

চেকপনগী নাক্কন অমদা কাখৎলক্লে। মতোন্দ অরোইবা মপুন্সিগী মিকুপ ঙাইদুনা লৈবে।

লালবাইনা অহমদশাহদা পারিবা ফীরোয় হিদাক-থাবা ফিগী ঙাক্লি। পূংফম নাইনা মৈ হৌগদোরিবনি। ৱানা পূংফম পাদুনা লাঙগথা ঙাক্লি। পূংফম্ন সুরক্লবদা কদাই-দগীনো খঙহৌদনা মৈ ফ্রং হোরক্লে। মিকুপ অমগী মনুংদ বাদশাহ মৈনা পূময়োম য়োমখিদুনা য়া রব, য়া রব !' কোয়-জেন চেল্লক্লে। লালবাইনা লেপ্লিবরোমদা 'মদদ, মদদ' ফৃজিল্লক্লে।

'মদদ, অহমদশাহ, তৌবিরিবদুদি! হিন্দুস্থপা লোবা য়াননবা মৈনা শেংদোকপারবদূদি! করম্ব মদদ অমুক পাম্মিবা।' খাক্ল নোক্লক্লে লালবাই। নোক্ল নোক্ল চেকপন মতোন্দগী চাঁদা ঝালদা চোংথখরে।

লোইশিনখি অসুম নিংখোমচানুপা লালবাই নুপীওইবা মপুন্সি। থুমখি অসুম মপা-মমা, মনুং-মৌপা, লৈবাক্কা লম্মন মগুন্ন মরায়বক থীনরবা আহোর-চন্দ্র। চহ্লোবে লাদ ভারত-কংলৈরোন অৱা-নুঙাই খন্ন লেঁওবা নাংখিবা মপাউ।

অমনা শক সাগৎপ হৈব চারন্ন মশক তত্তনা সাগৎলি; থৱায় হাপচিনবা হৈবা মথুযন্ত্রনা মথৱায় হেক হেক হাপচিল্লি। অদূনা চত্না অসুম মরৈরে লৈতাইখ্রবগু মহকচাংন, নো-ঙ্গাখ বগু মথৱায়না আহোর-চন্দ্র

ফজবী লালবাই।

# সরদারবাই

রাণীপুর গুজরাটকী মনুংচনবা নিংথৌ-পানবা লৈবাক মচা অমনি। কল্যাণ রাজপুতশিঙ্গী খুভম্নি। শাগে অসীগী নিংথৌ অমগী মমিং ক্ষেমরাজ কৌই। মচা অনী পোকই। অমনা নীপানি, অমনা নুপানি। নীপানা মূলরাজ, নুপীনা সরদারবাই কৌই।

ক্ষেমরাজগী হাক্তক অসী গুজরাটনা মুশলমানগী লোই ওইরবা মতম্নি। অদূনা মহাক দিল্লীদা লোইপোৎ কায়। মখোয়গী সুবাদারনা রহমতখাঁনা ওই। সুবাদারশিংন মখোয়-মখোয়গী সুবা-সুবাদগী কুম-কুম খূদিং তেঙ্গোন পুদুনা লোইপোৎ থোম্নে। অদূনা রহমতখাঁশু কুম-কুম খুদিং তেঙ্গোন পুদুনা লোইপোৎ থোম্ব গুজরাটু হেক-হেক লাকই।

কুম অমা সুবাদার অসী রাণীপুরদা থুঁডি। মহাক্ত থুঁডবা মতম অসা সরদারবাই লৈশাবী ফারে। লৈশাবীগী ফজবা থেংলে। নোংম নুমিদাংবাই নিংথৌমচানুপীসী মপান-লৈকোন্দ হকচীক লাংব থোকই। তাঞ্জা অদূমক্তদা সুবা-দারশু শাদানবা চৎলুবদগী শগোন্দ হেক হল্লকই। লৈ-কোল্লোমদা য়েংশিল্লকপদা ফজরবী লৈশাবী অমা লৈবদু উরে। কনানো হংনবদা ক্ষেমরাজগী মচানি হায়বা খঙ্খরে।

মী মখল অনীনি। অমনা ফজবগী ফজবা মতৌদা অদুম মপেন্নে, অমনা ফজবগী ফজবা মশাদা, মশাদদা মপেন্নে। রহমতখাঁ হোয়সী অনীসুবা কাঙলুপসীগী পখেদা তাবা মী-তাক্লি। অদূনা সরদারবাইগী ফজবা শকফম উবদা ফজৈদা খল্লকপগা ঈরোয়ননা মশাগী মিতাবা অদুম মবুক্ত হেক্ত মপোকই। অদূনা মিতারবা মমিৎন নীংহন-নীংহন নীঁ-ঙমদনা য়েং মশাগী শঙফম তমখি।

শঙ য়ৌরে। ৰাখন অতে তৌদে। করি করম সর-দারবাই লৌসীগে খল্লি, অদূদা মখল্লি। খন্দুনতা মরেরবনিনা মমিত্ত শং-শং শং-শং উদুনতা মরেরে। উবদা মশা ফূং ফূং লাউই, নীক্লি নীক্লি তৌই, তাল্লক-তাল্লক্ত থগোকই। অসুম লৈরিবৈঙ তাঙ্গাদা ক্ষেমরাজগা মূলরাজগা মপামচা নুমিদাঙ্গী খনবা কারক্লে। সুবাদার মশাগী ফিভম ৰানা হঞ্জিল্লে। নিংথৌ মপা-মচাগা ৰারী-ৰাতাই তৌনরে। নুমিদাঙ্গী চান-থক্লবা মতম য়ৌশিল্লক্লবদা নিংথৌবু বিদায় তৌরে। মচাবুদি চৌবর ঙহাক শান্নহৌখিসি হায়দুনা খাঙ্কোরে।

চৌবর শান্নরে। য়ু কৌরে। মুলরাজদা লাঙ্গিল্লে। নিং-থৌমচাসী মীঙমদবা মীতোকচাগী জাৎ ওইনা পোকপনি। রাজপুতমক ওইনা পোক্লবশু মীপাঙদ ওইনা তৌবা মীতানি। মশানা পোকপদগী থক্লক্ত বা, মশাগী লোনচৎন য়াদ্রবা য়ু

অদূ অঙম্বগী য়াথংনি হায়দুনা থকচিল্লে। মশাগী নিংথৌ-মচানুপানা থকহৈদবা য়ু থকউবদগী রাণীপুর গ্রহ চঙলে।

মূলরাজ য়ুনা মকোক পাল্লে। নেশানা পূম্পু পুরে। অদূ উরবদা রহমতখাঁ মশাগী থবক পাঙথোকপা খরগীমখৈ য়ারনি হায়বা উরে। "কুঁৱরজী, শান্নবদা পোন্থা য়াওনদবসী নুঁঙাইতে। অমমমদং হাপ্পসি। অহিংশু থেংজিল্লক্লবনিনা পঙ্কুই কুইনা শান্নবশু ফল্রে। হন্দক অমুক্তং শান্নরগা হেক্ত মরোইরসি। নহাক্ল থোইরগা রাণীপুরগা থংনরিবা অৱাঙ্গী লৈবাক অসী নহাক লোহৌরো, পারম্মগে; ঐনা ঙম্মগনা নচন-নুপী হেক্ত মপীরো। করি হায়বগে?" হায়রক্লে মূলরাজ য়েঁঙদুনা সুবাদার। মূলরাজগী মমিত্ত লৈবাক অমগী নিংথৌখুভম ঈরং-লংন ফাওগৎলক্লে। অতৈ অমা থল্লুনীঁঙাই শংদে। মচনগা লৈবাক্ল শিন্নবদি করিশু লৈতে খল্লে। "ফরে, সুবাদার সাহেবতনবু শোয়বিদ্রবদি ঐগীদি করিশু লৈজদে, য়াজরে।" তরাই-তরাই খুমদোক্লে।

অরোইবা চৌবর শান্নরে। মূলরাজ য়ুনা ঙাওরবনি; পোমিৎ খঙনা শান্নবা নত্তে, পোরে। মচন পীবা তারে। "হয়েং লোরবা য়ারনি।" হায়না হায়নরম্মগা ময়ুমদা হল্লক্লে।

নোং ঙাল্লে। রহমতখাঁ সরদারবাই লোবা মী থারক্লে। হৌজিক্তি মরম পূম্নমক ফোঁঙক্লে। লৈম-নিংথৌ পূম্নমক মূলরাজগী মথক্ত মৈ হোরে। হোরবশু হোনা মূলরাজগী বিচার তৌদুনা লৈবা য়াবা মতমদি নল্রবনা সরদারবাই করম

কনগদগে হায়ব ৱাখন্ন মাঙওইনরক্লে। ক্ষেমরাজ অরাকপা পূম্নমক ফাজিল্লে। কিলা থোঙ লোল্লে। থোক্লরগদবা অৱাবা মায়োক য়াবা ঙম্নবা শীল্লক্লে।

রহমতখাঁ পাউ ফংলে। শাউবনা মৈ থোক্লে। তেঙ্গোন পুদুনা ফূজিল্লক্লে। কাঙবূ অমনা থোঙ নমখেক, কাঙবূ অমনা চেকপন লান কিলা মনুং চঁঙক্লে। কোনুঙ্গীশু নুপী-নীপা খূৎলাইদবু পায়বা ঙম্মবদি অমত্ত থাক্তনা লান চোং-থোক্লে। মনুংদ ঙহাক অঙকপা অকিবা লান য়ান্নরে। অদূবু মুসলমান্ন খূৎ কম্মনখিবনা রাজপুত তেঙ্গোন লোইনা তুম্মে। মূলরাজগী লৈমশু য়াওখরে। লৈহৌরিবা হায়ববু সুবাদারনা হিংন ফাবা তাল্লকপনা ক্ষেমরাজনে, মূলরাজনে, সরদারবাই মমা-মচানে মখোয় মরিগা মুশলমানগী থাঙ-তানা য়েংবিরবা অঙাং-অহন খরনে অদূদগা মঙায়রে। সুবাদার লানফা মরি পুদুনা গুজরাটকী কোনুং অচৌবা পাটন তান্ন হল্লে।

লম্বীগী ৱানি। সরদারবাইগী শঙদা রহমতখাঁ নুমিদাং লাক্কনি হায়বা পাউ লাক্লে। নিংথৌমচানুপী পাউ ফংবদা চাংন ননবমুক ৱাখরে। ৱায় হায়দুনা নুংবংনবা তৌরুদরে। মশা হিংননবা লম্বী য়েঁঙক্লে। সুবাদার সাহবনা নুং-শিবিদুনা ঐগী ইফমদা লাকপিগনি হায়বা তাবদা নুঁ-ঙাইজবা লোইরে। বেগম লোয়নরিবা অতৈনা ফাখিদুনা লাকপিদ্রবদি ঐদি য়াম্ম ৱাবা তাই। নহাক্ল ঐগী ইৱা পূম্নমক চিথদনা সুবাদার সাহবতা তম্বিয়ু। করিগুম্ব সাহবনা

চানবিদুনা ঐগী ইফমদা শোয়দনা লাকপিবা থোক্লবা, ঐ নঙোন্দ অঙম্ব মনা পীগনি।' হায়রক্লে পাউদা শিংলবা রাজপুত-চনু।

নুমিদাংনি। রহমতখাঁ লাকপা মতম ওইরে। সরদার-বাই মশক মতৌ ওম্বমখৈ সেম্মে। মহাক্কী য়েক্লবা সুবাদার শুন্ধাৎপ য়াননবা ৱাঙাং-ৱাতা কয়া লেং, তৌগদোবা মওং কয়া খন, ঙাইদুনা লৈরে।

রহমতখাঁ লাক্লে। মহাক লাক্লে হায়বা হেক উবদা থোঙফাওবা থোক্তুনা ওক্লে। কুর্ণিশ তৌদুনা ওক মহাক্কা ফম্মুংদ ফম্মাল্লে। ফম্মান-ফম্মান্ন নুংশি-নুঁঙোনগী ইশৈ ঙংখংলক্লে। ঙংলম্বদগী মখোন থোক্লক্লে। জগোইনা মতুং ইল্লক্লে। জগোইগী খুথেক খূদিংদ, খোংথাং খূদিংদ ফল্লপ অমুক য়েং, চিংন অমুক য়েং, লুরুক্লনা অমুক য়েং, মিংচিনা হাইনা অমুক য়েং সুবাদারদু ইঙাও-ঙাওহল্লে। নিংথৌমচা ওইবগী হৈফম থোকপদগী হেন্দোক্ল হৈরবী, মশক্ম থেংন ফজরবী সরদারবাইনা মমিৎন ফজ-বগী রস, মনানা নুংশিবগী রস থূন্ন থক মবুক্কী অরাম্ব কাউ-রসনু হায়না য়োনা সারক-শক্লকপনা রহমতখাঁ নমদুনা নুংবংনরে। ফজবগী মতৌনা শুমখি, ফজবগী মশা মিতাবা ঙহাক কাউখরে। মওং অদূ উরবদা নিংথৌমচানুপী সুবাদারদা য়ুগী ইঙ্গিত তৌরে। য়োরক্লে। য়োরকপগা মথুংনা তনওক-ওক, লীক্লিদা তনহৈ-হৈ মঙদা তাউরবা

রহমতখাঁদা তল্লান লাক্সিল্লে। ঙাথু-থেংদু পুন্মম-মন্নান্দুনা ম্নুদা পঙইন-ইন্সিল্লে। ম্নু হেঞ্জিনখিবনা সুবাদার মঙক পুবা ঙম্মক্তরে, ফম্মুংদা হাইথখরে।

হৌজিক্তি সরদারবাই থবক তথ্বাই অমা পাঙলে হায়বা উরে; চেন্নবা লম্বী য়েঁঙক্লে। থোঙদা হাইদোক্তুনা য়েংবদা, মনুঙ্গী নুঁঙাইনবা ফিভন্ম থৌশাদ্রবা থোঙ ইশি-শিনা তুম্মম্মে। অদূ উবদা নুঁঙাইজরে। অহিঙ্গী মতম লৈরিঙৈদা চৎপ য়াবমখে চংহৌনবা পরপ পরপ নীপাগী ফীরোন শেংকংলে; লোইবগা থোঙদা তন্থোক থোকখরে; অহিঙ্গী অমম্বদা অদুম তিনখরে। নোং ঙানফুং-ঙানফুং তৌরক-পদদি ক্রোশ তরামুক্কী লম চৎলে। অঙানবদদি চৎপ জুগোৎ চারোই খন্দুনা থুপফম অসুম য়েঁঙকপদা লম্বোইবা অমগী খাংপোক অমা উরে। অদুদা চঁঙদুনা লংফৈনি হায়না পরিচয় পী নুংথিনগী মতম, য়ারগা নোংম-নিনিদং পন্ননবা তৌরে। লম্বোইবদুনশু মহাক্ন লৈনাঁঙিবা মখে লৈবা য়াগনি হায়দুনা পন্থদুনশু অদুম মতম খর লৈথরে।

সরদারবাইনা লৈরকপা নোংম নিনি শুরক্লবা তাঞ্জাদা নোংম চন্দ্রাবতীগী নিংথৌমচা বৈরীসিংহ শাদানবা থোরক-পদগী লম্মুক্করক্তুনা খাংপোক অদূমক্তদা চঁঙক্লে। হান্ন লৈরম্মবী নিংথৌমচানুপীদূনা থুঁঙরিবা নিংথৌমচাদূগী নুঁ-ঙাইনবা রাজপুতকী লোনচৎ চপচানা তৌরক্লে। অদূ উবদা বৈরীসিংহ মবুক্ত চিংনবা অমা পোক্লে; শোয়দনমক নুপীসী

অচৌবা ইমুঙ্গী ওইরমগনি হায়বা খল্লে; মশক হংলক্লে। ঐহাক চন্দ্রাবতীগী নিংথৌমচানীপা বৈরীসিংহনি; ইবেম্ম, নশক তাকপদা করিমতা চিংনগন্নুসি, করম্ব খুদোংথিবগী মথা পোন্দুনা বন অসীদা লমদল্লিবা! ঐনা করি উপায় তৌবা য়াবা অদূশু তাকপীসি।" হায়না কন্ন তক্খিল্লক্লে। লাক্লিবদূগী মশক নীংথিনা খঙলবদুদদি নিংথৌমচান্নুপীদূশু মশাগী অওইবা মশক তাক্লে; মহাক্ল চেল্লক্কুনা লৈররিবা মরমশু লীরক্লে। তাবদা বৈরী মখদাং ক্রুক চাকই; ঙহাক ৱা ঙাংদনা ৱাখন তৌই। "ইবেম্ম. ঙসি হায়বা নুমিৎ অসি-দগী নখুৎ থেক্কুনা পাখৎলু। নীপান অহুম্লক ওনবা নুমিত্তো পাটন লোবা নুমিৎনি। ঐ হৌজিক্তি কোন্নুং হল্লে; ঙসি নীপান্নি সুবা নুমিত্ত অম্বাজীগী মন্দিরদা ঐহাক তেঙ্গোন পুহ্নুনা লাক্কনি; ঐগা থেংননবা শোয়দনা ইবেম্ম নহাকসু লৈরমসি।" হায়না হায়না শগোন কাখরে বৈরাসিংহ। লাইনা নুঙাইবগী পাউ পু মমাঙদা চোংথোরকপগুম থোকথি ৱারবা সরদারবাইগী মফমদা। অঙকপগা নুঙাই-বগা অনীগী ঈয়ে কন্ন চামনথিবনা মরোন অমত্ত থোকপা ঙমখিদে নিংথৌমচান্নুপী। তুমিন, তিঁঙক-তিঁঙক য়েংহুনা লৈহৌরে অহুম সরদারবাই।

নোংমদূ লেল্লে। ওইরগদরা. ওইররোইদরা হায়বা চিংনবা ৱাখন অনৌনা চিংনরকপদা অহিং লোইখিবা অহুম খঙহো-দরে। নোং ঙাল্লে। সরদারবাই লাইগী নোংদম য়েঁঙগে

নীংখি। লম্বোইবদা বিদায় লৌরে। অম্বাজীগী লম্বী অমদি চঙ্গদবা মতম হঁওদুনা খোঙশাল্লে। মহাক্ন লৈরিবদূদগী হায়রিবা মন্দিরসী নুমিৎ মরি-মঙানিগী খোঙনি। চৎলক্লে নিংথৌমচানুপী।

অসোমদনা সরদারবাইনা মহাক্কী অৱাবা, নুঁঙাইবগী খোঙফম চৎলি। অমরোমদনা রহমতখাঁনা নুঁঙাইখিদবদগী, নোংম-নোংমগী অসুম অসুম হেঞ্জিল্লকপদগী মী মনম-মনম থাদোক্লি। 'সরদারবাই পুরকপা ঙম্ব মীদা জায়গীর চাউনা পীগনি।' হায়না লাওথোক্লি। মা কয়ানা মায়গৈ নিপান্দ অউপ্প উনা লোং অরোংবনা উপ, হন্দূনা থিরি। নিংথৌমচানুপী সরদারবাইগী খোঙফম থরদঙ্গ ৱাখো হায়বদূনা অম্বাজা য়োগদোবা নোংমগী খোঙফমগাদা ঙায়রক্লবা অদূৱাই তাঞ্জাদা রহমতখাগী মাগা কোক খোঙথেংনরে। হূইথৌ মথৎ মথং ফৃজিল্লক্কুনা ঙানু অমোম য়োম্বগুম য়োম্মে রহমতখাঁগী মীনা সরদারবাই।

মীওইবৱ শেন্নবা লাইবক হায়ব'ম লৈ। মহাক্ন নুংশিবিবা, নুংশিবিদবগী মথক্ত মীওইবগী অফ-ফত্ত অদুম মরে। মহাক্ন মায়রোং য়াবিরিঙৈদা অশোনবা কনাগী মতু নামা কেনবা তৌদে। মহাক্ন মায়রোং য়াবিরিঙৈদা অকনবা কনাগী অকনবনা মঙোন্দকল্লবা লৈতে। অঙম্ব কনাগী অঙম্বনা ঙম্মবা তৌদে। পুন্নমক অরেম্বঙাক্লি। ঙসি সরদারবাই মরায়বক্ন শেন্দুনা চৎলবনা য়েক্লবা ময়াম্ন কোয়দুনশু অদুম হিঁঙে।

সরদারবাইগা থেংনররিবশিং অসী মপু অমত্তগীদি মনাইনি। অদুদা মশা মশাগীদা য়েংনবা মীতাওাক্লি। মখোয় খূদিংমক মশা মথন মথন্দনা জায়গীর ফংব পাম্লে। অদূনা মপু অমত্তগী চেং চামিন্নরবশু মখোয় য়াম্ন লাপ্ন লৈনবওাক্লি। কান্নবগী লম্বীদা কনানা কনাবুশু হন্ন য়েংনরুবা লৈতে। মখোয় কনামতা মরুপ নৎনদে, মরূ ওইনা থোক্লবওাক্লি। মখোয়গী লৈনরিবা ফিভম অসীদা নিংথৌমচানুপী শেন্নরিবা মরায়বক্ল থক তোংশিল্লে। মখোয় পূম্নমক "ঐনা ফাজবনি, মনা ঐনা লৌগনি" লোইনা হায়নরে। হায়নরম্বদগী শাউনরক্লে। শাউনরম্বদগী খূৎলাই য়াওনরক্লে। লোইনা তুম্নরে। মখোাঙ লৌরম্ব শল্লাংন মথন তচ্চখিডুনা খুনুনা কোম্মোবগুম সরদারবাই কোম্মোবে; হিঁঙে। উমঙ্গী শা-ঙা, চীঙ্গী লোনচৎ তিন্নদবা মীওংশিঙ্গা অপনবা কয়া লান অম্বাজীমন্দির তম্লক্লে; য়োজরে।

বৈরীসিংহগা সরদারবাইগা থেংনরে। অনীমক্ল তেঙ্গোন পুডুনা পাটন লান চংলে। লাইকু অমদগী ক্ষেমরাজগা লৈমগা তানা লেংডুনা হাংননবা তৌরিঙৈমক্তদা থুঁঙুরে। রহমতখাঁশু লৈম-নিংথৌ অনী হাৎপড়ু মমিৎ থিৎন য়েঙ্গনি হায়ডুনা টাংবন অমদা থৌগন খরদংদগা ফমডুনা লৈরম্মি। তৌরম্মিবা মওং খঁঙবদা বৈরী-সরদারবাই অনী মায়গৈমায়গৈ পুনডুনা লান থৌজিল্লে। মীহাৎপূংদ তিল্লম্মিবা পুম্নমক লান উবদা মথবায় মথবায় হিংননবা মায়গৈ খূদিং

চেন্নরক্লে। অদুবু মায়গৈ কাণ্ডপ তক্মিল্লকপনা অয়াম্ব তুনরে। রহমতখাঁ মশাশু সরদারবাইগী থাঙদা অদুম মচৎলে। সুবাদারনা তুরবদা মুশলমান তেঙ্গোন কোন্নুং থাদোক্তুনা চেন্নরে। বৈরীসিংহগী তেঙ্গোন্ন তান্নবা য়াবমখৈ তান্নদুনা অফংবমখৈ শোইরে। পাটন বৈরী-সরদারবাই অনাগী মখুত্ত তাহোরে। ধর্ম্ম-লৈবা বৈরীসিংহ ধর্ম্মনা তেঙবাংদুনা মশাগী ধর্ম্ম ঙাকপা ঙম্মে। সরদারবাই উন্নবা নুমিত্তগী নীপান অহুম্লক ওনবা নুমিত্ত মুশলমান জয় তৌরে। পাটনগী মপু ওইরে।

পাটন মুশলমানগী মখুত্তগী হিন্দুগীদা হঞ্জিল্লে। প্রজা পুম্নমক নুঁঙাইনরে। মখোয়না পামজবনা সরদারবাইনা লৈম ওইরে। ক্ষেমরাজগা বৈরীসিংহগনা লৈবাক্কা থবক পুরে। লৈবাক ইনৌ-নৌনা নুঁঙাইনা পানখৎলে, পাল্লে।

অমনা, ক্ষেমরাজনা মচাবু বৈরীসিংহদা হৌনবী চুম্ন কৎলে। লম্মুখাংদ শকখঙনরকপা, শকখঙনঙৈদগী হৌনা মথম্মোই মথম্মোই লোন্ন লোন্ন লাম্হোক্লরবা নিংথৌমচা-নিংথৌমচানুপা অনীদো পুন্সি-খোঙবু ওইনরবদা নুঁঙাই-নজবা লোইজরে। মতম খর কোন্নুং ওন্ন ওন্ন লৈ নুঁঙাইনা পান্নজরে। নুংশিনজবা থম্মোই অনাগী নুংশিনবনা মশক পান্দুনা চোংথোক্লে। নাংথিরবা তনৌ-তনৌরবা অঙাং অমনা সরদারবাইগী তম্পাক্তগী বৈরীসিংহগীদা লান, বৈরী-

সিংহগীদগী অমুক সরদারবাইগীদা হন্ন চোং নুঁঙাইবগী মথক্ত নুঁঙাইবা হাপ্লে ; নুঁঙাইবা মথোন কারে।

নুঁঙাইবা নুঁঙাইবদশু লোই, অৱাবদশু লোই। মী-মাগী মরায়বক্ত পুই। বৈরী-সরদারবাই অনাসীদি অৱাবনা লোইয়ু তম্ব জাৎনি। অদূনা মতম্ফনা নুঁঙাইজরক্লবা তাঞ্জা-সীদা খঙহৌদনা অৱাবা পোলোই খোম্ব থুঁঙরে। দিল্লীগী সুলতান্ন মহাক্কী সেনাপতি খুশরুখাঁ তেঙ্গোন অচৌবা অমা পীদুনা গুজরাট লোই অমুক চন্সিন্নবা থারক্লে। বৈরীসিংহদা 'লোই হাগে হায়রগা হাউ, হারোই হায়রগা লান চোংথো-রকউ।' হায়না শীঙরে। বৈরী নীপাদ-নীপা ওইনা পোকপা মীনি। মহাক্ত কনাদা লোই হারুগনি ! য়েক্লবনা লান লাক্লবদা নাথুপ্তুনা খাঙবা ঙম্ব থম্মোইশু নত্তে ; চোং-থোক্লে।

হিন্দু-মুশলমান অকিবা লানফম থেংনরে। নুমিৎ মঙানি চুপ্প য়ান্নরে। বৈরীগী মমাঙদা খুশরু খাঙবা য়াদরে। মুশলমান তোরা তুরে। ঈনা লৌখোং ওইনা চেন সমুদ্রদা তমখরে। অশংব সমুদ্রগী ফীনা অঙাংব ঈনা চল্লে। মুশলমান সেনাপতি মপাঙ্গন্ন ঙম্মরোই হায়বা উরে। লৌশিংন শামু ফারগে নাংলে। লান তোক্লনবা ৱা হৌরক্লে। থাজগনবা রাজপুত অওইবা ওইরবোই নীং লান লেপ্লে। অহিংদ লৌনম-চাউরবা মুশলমান কিলা মনুং চঁঙক্লে। তুমদুনা লৈরবা কোন্নুংদ লান তারক্লে। রাজপুত

তূম্মম্বদগী হৌগত্তুনা য়ান্নরে। য়ান্ন-য়ান্ননা নোং ঙাল্লে। য়েক্লবনা খোঙফম অমা ফখিবা, মখোয়না খুভম অমা চা-খিদবদগী মীদি তোরা তুনরবশু কোন্নুং মন্নুংদগীদি তক-থোক্লে। তকথোক্লবা মতুংদ ন্নুমিৎ নীনি অমশু য়ান্নরে। অদূবু লাইবক্ল মুশলমানগীদা লেপখিবনা রাজপুত তুবদা মথংজিল্লক্লে। বৈরোসিংহ মশামক্ম্ অতুবা মরক্ত য়াওখরে। নিংথৌ তুরবদা তেঙ্গোন নীংহন চারে। মুশলমান লানঙম লালাউ লাউহ্নুনা তক্খিল্লক্লে।

মপুরোইবা ভুবা, তেঙ্গোন্ন তুমশিল্লকপা উরবদা সরদার-বাই রাজপুত-চন্থ পুন্নমকপু মশা-মশাগী ধর্ম্ম ঙাক্লবা হোৎনরো হায়না তাক্লম্মে। তাক্লম-তাক্লম্ম শগোনথক্ত ফূদোকখরে। লৈমনা শগোনথক্ত ফূদোরকপা উবদা রাজপুত তেঙ্গোন অনৌবা পাঙ্গন ফংলে। ঙম্মে হাৎ-লম্মগে মুশলমান, ঙমদ্রে তুখ্রগে লানফমদা হায়না চপমান্ননা হৌরক্লে। য়েক্লবা তেঙ্গোন্ন তক্খিল্লক্লম্ব খোঙফম চেৎন খাঙ মথৱায় খুবাক্ত হাপ্তুনা হন্ন অমুক তকপা হৌরক্লে। অসূম্ম তকথোক-তক্খিন কয়া ঈন্নরে। মুশলমান্ন মশীং হেন্মনখিবদগী রাজপুত, অমমমদা, চাম-চামনা য়োমখরে। মায়গৈ নীপান্দগী থাজিল্লকপা, য়াঙ্গিল্লকপা, থিঞ্জিল্লকপা খুৎলাই ঙাক্ল ঙাক্ল, ওক্ল ওক্ল অথৌবগী য়াহীপ লোইনা তম্নরক্লে। মমৈদা সরদারবাইগা রাজপুত মরিদংদগদা মঙায়হোরে।

মুশলমান লৈমগা মহাক্কী মী মরিদূগা হিংন ফারে। মরিদুদি ফাবগা অদুম লোইশিনখরে। লৈমবুনা কৈশুম-শঙদা থম্মে।

অহিঙ্গী মতমদনি। কৈশুমশঙদনি। সরদারবাইনা লানগী চৈনাখোনগা মপুরোইবা কায়নবগী চৈনাখোনগা মাগী ওইবা পূন্নমক্ক তুমখিবগী চৈনাখোনগা অশোন-অনা, অঙাং পীশক পীশক চিথহৌরিবশিঙ্গী ৱারুবগী চৈনাখোনগা—চৈনাখোন তরানা ৱৈহৎপদগী নুংবংনদুনা তাদুনা লৈবা মতমদনি। খুশরুখা তুমিন চঁঙক্কুনা লৈমগী মনাক্ত ফম্মরে। মীগী শউম তাবদা শ্বাই লাউ লৈম ফুক হোগৎলক্লে। খুশরু উরে। য়েংবদা মবূক খঙলে। শাউগে তোরকপা মথম্মোই খংফা ফাজিন "সেনাপতি সাহব, করম্ম থোজানগী মখা পোন্দুনা সরদারবাইগী শঙদা লাকপিরিবা" হায়না নৌশিন্নবা খোনফম্ম তরাম-তরাম ওক খুশরু চিংন য়েঁঙক্লে লৈম। "নাংথিবি, নহাক্কী নীংথিবা শকফমগী ফজবা মওং উবদা থম্মোইনা গোলাম ওইরগে নীং লাক্লিবনি।" খুম্মকই খুশরু। "মদূদি তমদুনা থোক্ত্রবনি, ঐগী লাইবক ফবনি। অদূদা মুশলমান-গীশু হোনবী লৈ, হিন্দু ঐখোয়গীশু হোনবী লৈ। সেনাপতি সাহবনা চানবিবগী চানবিবা হোনবী মতুং ইন্ন চানবিরবদি য়াম্ন নুঁঙাইজগনি।" হল্লক্লে লৈম। হোজিক্তি লম্মি, মদূ থোক্লবা শিনবদি ৱারনি। খুদানা নঙ্গ ঐগবু শম্ম পুন্নৌ তম্মম্বননি। করিমতা চিংনবা তোরুনু। ঐগী থম্মোইগী

মবেন্ম ওইডুনা নুঙাইনা পাল্লো লাও।" হায়না হায়না মপাম্বোম অনানা চেৎনা লৈমবু কোন্সিল্লক্লে খুশরু। লৈম হেদোনবা সাডুনা লৈথোক্তনা খোঙফম অমঁমা হোক্লিন্নরে। নুপী ওইবগী পাথোরকপা নুংশিবগী মিংকা চানগী লাং কয়া লৎশিন্নরে। খুশরু মঙ্দা তাউরে। মহাক্কা লাংদা থুরে হায়বা উরবদা মথবাক্ত ফুম্মম্ব থাঙতনশৎ শৎ মথবাক্ত থিন খুশরু লোইশিল্লে। লোইশিল্লম্বগা কৈশুমশঙদগী লিথোক অমম্বদা তিন চেন্দ্রক্লে।

ঙহাক্কী মনুংদ সেনাপতি লোইশিল্লম লানফা ন'হোকখরে হায়বা পাউ তেঙ্গোন পুন্নমক শীল্লে। মায়গৈ মায়গৈ চাইথোক্লডুনা লৈমগী খোঙ্গন লানরক্লে। অহিঙ্গী মতম্ন লৈরিঙৈদদি লৈমগী গতি খরা লৈরম্মি; নোং ঙাল্লক্লবদদি লৈম মুশলমান্ন মায়গৈ মরিদগী উপশিল্লক্লে। মশা নাহোকফম লৈঃক্তরে। অদু য়োরক্লবদা মশাগী ধর্ম্ম ঙাক্লবা মশাদা কোন্নবা থাঙনা মশা অডুম লোইশিঞ্জরে। নোংদম্ন মপুক্সি তেন্ন পোক্লবী শিঙ্গারৈনা অয়ুক্কা পুঙ্গোয় লানঙমদা লৈমায় লৈওন্নবগুম লৈমায় য়াহীপ্নখরে মথোক কাবা মপুক্সি লোইঙমদনা মপোক্ল খোঙফম তেল্লু তম্নবা সরদারবাই।

সরদারবাই মশক্ল মশাগী য়েক্লনা পোক্লবী নুপীনি। মশাগাদা নত্তনা মাগী ওইবা পুন্নমক্কা য়েক্লনা লাক্লবী নুজানি। মগুম্ন মরায়বক থীনজরবী নুপীজানি। খোঙফম থূদং অৱাবা মৈনংনো তম্নবী মপোক্লি। অদূনা তেল্লবা

মপুন্সি খোঙফমদা মৈজাউ কয়া মৈনংনৈ, ঈচাউ কয়া ঈনংনৈ। অদূবু মহাক্কা নুপী থোক্লবা মথম্মোই তুকথরুবা তোদে কৈদোনুং ; নুংবংনরুবা লৈতে করিনুং। মরোশিংন চনবদা মরোশিংন, মপাঙ্গন্ন য়াবদা মপাঙ্গন্ন তারক-তাল্লকপা পূল্লমক হকথেং-মায়োক্লদুনা মপুন্সি খোঙফম্নে। অনানা ময়াই মাঁঙমদাই য়োরবদা, য়েক্লবগা মথুং চল্লুবরা হায়ববু, মথৱায় লায়না থা মমূদুম য়েথেক্লম নোঙ্গাখি।

নাংখিরবা মগুণসানা অথোবী সরদারবাইগী শুমখি মথম্মোই চারণগী। মধুযন্ত্র মথুংশু পায় শকখি মগুণ অহিং-নুংখিল। চনখি লাদা ভারত কংলৈরোন্নশু অথোবীগী অথোবা খোঙফম।

কুম্লাংন কুমওনবা চামনা থূজিং ওইরক্লে। মুংখরে কুম্ননদুনা নুজা কয়াগী মপাউ। লৈহোরে, অদূবু, অথোবা মপাউ

অথোবী সরদারবাইগী।

---

# মরোল

## পদ্মিনী

সিংহল—লঙ্কা। তমশিম্রে—ফংনবা তাম্রে। মেবার—রাজপুতনাগী লম অমা। রাণা—চিতোড়গী নিংথৌ। চিতোড়—মেবারগী কোন্নুং। ওঙকই—ময়ুম পান্নকই। লৈমা—রাণী। রাজস্থান—রাজপুতনা। চারণ—লৈবাক্কী লৈমরোন নিংথৌরোন শকপা মী (অছেবা)।

মপুল্লি খোঙকম লোইশিনখিবা—শিথিবা। মমথিবা—শিথিবা। হকচাংন কেহদা—শিবদা। মং চনখ্ বগু—শিখ্ বগু। জোহর কুণ্ডদা—জুহার ব্রত তৌননবা মৈগী কুণ্ডদা (লাম্না য়েক্কবনা লৈবাক লৌথিবা তারবদা ধর্ম্ম ঙাক্লনবা লৈমনা চিংহনা মুপী ময়াম মৈমুংদা চোংশিন্দুনা শিববু জুহার ব্রত কৌই)। মমথরবনি—মুৎথরবনি। তুজোইহৌই—তুং কোইনা লৈহৌই।

সুলতান—নিংথৌরেন। শারমখোক—শাগী লমচং চংপা মীতা। কয়ামৎ—খোদানা মীশিংগী বিচার তৌবা মুমিৎ। বেহেস্ত-দুযোগ—বৈকুণ্ঠ-নরক। অল্লাহ্—ঈশ্বর। অন্দরমহল—লৈমকোন। শগোনপাউ—শগোলনা নিংথৌগী পাউ চংপা মী। তেজোন—লাম্মী কাঙবু।

পিবা-ফুজা—পিবা কাঙলুপ। নাচুঙ্গ্ন্দোই—কিক্লনিঙাই। মউ চোকহল্লগা—য়াহল্লগা। মবুক—চানঙাই। লাঞাবা—লানগী পাউ লৌবা মী। লানশঙ—লানগী শঙ। হেক্সল্লবা—য়ানবা। হোয়গা মাইগা—য়াবগা য়াদবগা। থোগনপাউ—লৈম নিংথৌগী পাউ চংপা মী।

হাকথং থোগন—শাগোন্নবা থোগল। মুক্করিঙৈ—অঙম তাম্নরিঙৈ। তেনরবদা—য়ানরবদা। লোনচং—চংনবা। ইঙ্গিত—মিৎ-না খুৎ-শানা

তাকপা। হুংবংনবা—হাখন থোক্কবা। ঙাওন শাওনবা—পোখাকম খঙদবা। চিত্তোড়েশ্বরী—চিত্তোড়গী নিংথৌ লাই ( দুর্গা )। উংবা—জ্ঞান তাদবা। পোক্তবা—ফনবা। থোংলেন—সনথোঙ। খৃত্তা—কাংবুদা। হোদোকউরে—তম্বুরে। চেনশুম-চেনগাইন—লৈতাদে। চেং—মপুক্তি। হিরুপ্পগুম—হি লুপ্পগুম। গোরা—পদ্মিনীগী মখুড়া। বাদল—পদ্মিনীগী মোপ্পা। য়াহৌপ তমখরে—শিখরে।

রণচণ্ডী—লানগী লাইরেম্মা ( দুর্গা )। ভোগ—লাইক্কক। জয়কার—মঙ্গলগী খোল্লাউ। অরাবল্লী—চীং অমা। কুজিল্লবা—পাজল কুদোক্ক্না থোজিল্লবা। শক্লায়—নিংথৌ, অঙম অথোগী য়ুম। মালেম-পৃথিবী। জপ তৌবা—শোনবা। মৈশেং—অশেংবা মৈ। ফিঙাং—অঙাংবা ফি। যজ্ঞ-কুণ্ড—জোহর-কুণ্ড। মহান যজ্ঞগী—অচৌবা যজ্ঞগী। পূর্ণাহুতি—অরোইবা হোম ( যজ্ঞগী মৈদা মন্ত্রগা লোইননা চেং থোইদিংনচিংবা কৎপবু হোম কৌই )। আচার্য্য—পুরোহিত।

বপ্পা—শিশোদিয়া ( অ'য়্বংশ ) পোকপা। কংলা—কোন্নুং। ইশ-লাম—পাঙনগী ধর্ম্ম। হিমাদ্রি—হিমালয়। কন্যা-অন্তরীপ—কুমারিকা লৈচীন। ঙকচাও থেকপা—চাউথোকপা। লুক্কবা—নোল্লুকপা। লান-ঙম্বী—লান্দা মায় পাক্লবী। লানশি—লান্দা মায়থীরবা। চাউদম-য়াংদম—য়াংচাউনা। শৈরম—ইশৈগী মরম। মধুযন্ত্র—তুমাদা তারা ভিংহুনা শাবা ইশৈশকপগী খুৎলাই অমা।

---

## লালবাই

আহোর—রাজস্থানগী লম অমা। লোন্দ—মতমদা। যুগকী—মতমগী; চৈকোক্ত—হোৎকপদা। মৎপ—নমহুনা লোবা। বাদশাহ—নিংথৌরেন। মপান করিবা—চাওখৎলিবা। শাহন্শাহ—পাঙন নিংথৌদা কৌনবা মিঙ্গৌ। জহান—পৃথিবী। বেগম—রাণী। য়াতেম্নবা—য়ারোই-নবা। লোথৎপা য়াদনা—থীনা।

থাস্নক—লেংমক। ছুনিয়াগী—পৃথিবীগী। মালিক—মপু। কিলাদা—লানবলদা। সামন্ত—মথাপোনবা নিংথৌ। থেচ্চিনবিথো—হাপ-চিনবিথো। মোনথাংনক্সবা—মন ওইনা খাঁঙ্বা। মুল্লা—মৌলবী।

প্রীতম প্যারে—মুংশি থোইবা। বারাত—বর যাত্রা। য়া রব—হে ঈশ্বর। মদদ—মতেং। চাঁদী খীলদা—চাঁদী কোবা পাত্তা। কংলৈরোন—ইতিহাস। লৈভাইথরবম্—লৈবাক ভিনখরবম্। নোঙ্গাথরবম্—নোংথক্ত কাখরবম্।

---

## সরদারবাই

লোই ওইবা—মথা পোনবা। লোইপোং—অথোকপা পোং কাবা। সুবাদার—লৈবাকী লম অমা পুবা মী। সুবা—প্রান্ত। হকচৌক লাংব—মুংশিং চাবা। মিভাবা—খৌরাংবা। নীংহন-নীংহন—তুং হয় হয়। শঙকম—শং মকম। শং-শং শং-শং—তশেং তশেং। মীত্তোকচা—মীরেম। মীপাঙদ—অয়ব মী। গ্রহ চংলে—দশা চঙলে। নেশানা—ময়াইনা। কুঁয়রজী—নিংথৌগী মচা। পোমিৎ—পোগী ময়ম। মৈ হৌরে—শাউরে। য়েংবিরবা—থাকপিরবা। লানফা—লান্দা ফারবা। পাউদা—পাউ চৎপা মীদা। কুর্ণিশ—দরবারনচিংবদা পাঙন নিংথৌবু প্রজা অমনা খুরুম্বা মওং। রস—মহাউ। মুংবংনরে—হৈঙমশিঁঙমদরে। থোঙ—থোঙশংবা। লংকৈনি—লমচৎপমীনি। পরিচয় পী—মশক পীদুনা।

লম্মুক্করক্তুনা—লম্বী ওয়দুনা। লমদল্লিবা—পল্লিবা। উপায় তৌবা—মতেং পাংবা। থোঙনি—থোঙকমনি। জায়গীর—মনারৌ। কাগুপ—থাব্রাং। লম্মুথাংদ—লম্বী লমথাংদা। ফীনা—ফীগী মনা। নীংহন চারে—মনীং হ... গোলাম—মুনি... হেদোনবা—কেজবা। গত্তি—পাঙন। কু...হিনা। কু...চহী ওনবা। কুয়রদুনা—চাহিনা ননদুনা।

